ফোঙদোকচবী
থাইদেম্ প্রমোদিনী
কাকৈথেল ইম্ফাল।



মথুম লৈবপা — অহনজাও

অহানবা ফোঙবা—১৯৯২
কোপী মশীং —১০০০

মমল লুপা ৫০.

নম্ফম—আর বি প্রিন্টিং হাউস
নাগামপাল ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক

লৈখিদ্রবা ওজা ৱাংঙু ৺খোংনাংনা লীবিরম্বা ৱারীতু ঐনা ইথোকচবত্তনি। ইস্কালদা ওজানা ওজাগী থবক লৈবা মতমদা হেক হেক কারকই। ঐগীদা থুংফম ওই। ঐনা ওজাদা হঙ্গংচৈ—ওজা! খম্বা থোইবীগী ৱারীসি নপুংফানা অঙাংশিংদা খঙহনজনীংঙি। খম্বা থোইবীগী ৱারীদি য়াম্না শাংবনিনা থরা তেল্লপনা, অঙাংশিংদা খঙহনবা য়ানবা ৱারীসি শম্না অমুক্তা লীবিয়ু। অঙাংশিংগীদমক্তনি লোন চম্না লীবিয়ু। অম্সুম্না হঙ্গংচবদগী ওজানা চানবীতুনা লীবিরম্বনি। অদুবু ঐগী লাইবক থীবনা ওইবা তাই ওজানা হিংলিদ্রৈদা লাইরিক অসি ফোংদোকচবা ঙমহৌদ্রে।

ৱারীসি ওজাদগী ফংজহৌবনি।

কাংলেন
১৯৯২

প্রমোদিনী

# খুমন খম্বা

## (১)

## খম্বা থোইবীগী লাওোন

খম্বা হায়বা অসি নোংপোক নিংথৌগী লাওোন্নি। থোইবী হায়বী অসিনা পান্থোইবীগী লাওোন্নি। অত্থুগা অঙোমগী নোংবান কোংয়াম্বা হায়বা অসিনা তরংখোইন্নুজা হায়বা অত্থুগী লাওোন্নি।

মতম অত্থুদা কেগে মোইরাং থাংজীং লৈবাক্তা পুরিকলাই চিংথু তেলহৈবনা নিংথৌ ওই। লৈমা তরামঙা লোল্লি। মচা অমত্তা পোক্তে। মনাও ইবুংঙো চংথু অখুবনা ব্রাঙোল নিংথৌ ওই। লৈমা তরামাথোই লোল্লি। লৈমা অহন্না মচাইবেম্মা থোইবী পোকই। মথক্তা মচেম শাংতে মথাজা মনাও পোমদে। মদোম পোকপী থোইবীনি।

খম্বা হায়বা অসিবু পোকপা পম্থৌনা পুরেম্বা কৌই। পুরেম্ববু পোকপা খম্বগী মপুদি খুমলনি। মমিংদি হাওরম নিংগোই য়াইমবা কৌই। ময়াম্বা অহম্না হাওরম অহন কৌই। মনাও মুপা অতোনবদি হাওরমতোন লৌথিবা হায়না কৌই। মনাও নীপা হাওরমতোনগা ময়াম্বা অহনগা অনীদি খুমন্দা লৈহৌই। মনাও য়াইমবা অসিদি মোইরাংদা চেল্লকই।

কেগে মোইরাংনা চরোৎপু পুইদিং কৌই। হাওরম নিংগোই য়াইমবনা মোইরাংদা লাক্লগা চবোং মরক্তা ময়ুম অমা শাত্নুনা লৈখি। অত্নুদগী নিংগোই য়াইমবগী য়ুম্নাক পুইদিংজম হায়না খঙনখি। পুইদিংজাম্বা অসিনা মোইরাং নিংঙোল অমা লৌই। মোইরাং নিংঙোল অত্নুনা পারেনবা হায়না কৌবা মচা অমা পোকই। য়ুমনাক্তি য়ুরেনজমনি। পারেনবা অসিনা পুরেনবা পোকই। পুরেনবগী মুপীনা ঙাংখ-রৈমা কৌই। ঙাংখরৈমা পুরেনবা অনীনা খম্বা অমসুং খম্নু মচিন মৌপ্‌্যা পোকখি।

খমন্নুনা মচেমনি খম্বনা মৌপ্‌্যানি। খম্বা পোক্লবা মতুং থা অহুমলোম শুরকপগী অত্নুম্নাইদা মপা পুরেনবা শিগদৌরে। পুরেনবনা শিরমদাইদা মতাউ নোংবান চাউবা নোংথোনবগী মচা নীপা ফৈরোইজাম্বদা মচা মুপী খমন্নু থাজরম্মী। খর লৈরগা পুরেনবা শিরে। অত্নুগী মতুং থা মথায় অমা লৈরগা ঙাংখরৈমা শিরে। খম্বা অসিবু মচেম খমন্নুনা লৈকায় কৌম্নু লঙত্নুনা চাকনিত্নুনা চাউননবা য়োক্লকই।

খম্বনা চাউরক্তুনা পাখং ফারক্লবা মতমদা চীংখুবা ব্রাঙ্গোল নিংথৌনা পোকপা মচাইবেম্মা থোইবীস্নু লৈশাবী ফারক্রে। থোইবীনা লৈশাবী ফারক্লবা মতম অসিদা মপন ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌগী লৈমরোল মাপলবু কাং শান্নসি হৌক্লরে। ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী কুমহৈ অসি মপুং ফানা থোকহল্লগে হায়হ্নুনা থাংজীং লাইনা মী পূন্নমক্কী মপূক্তা চঙলে। মক্সান লৈমরোল মাপলমক থোইবীনা কাং শান্নসি হায়বহ্নদা হরাও হরাও য়ারকলে।

মক্সানশিংনা তাকপীরকই "ইমোম লাংলেন ইবেম্মা, হয়েংমক কাং অসি লোইজা নিঙোল্লাকপা মোহনশিংগী মাঙ্গোলদা শান্নসি।" অস্নুম্না। অহুগী মতুং নোংঙাল্লগা মাগী মাগী লৈজবা চরৈ নমখাং শেংতুনা কাং শান্নে। কাং শান্নবা অহু লোইরগা নিংঙোল ময়াম লোক্তাক্তা লেমলৈ ঙা তাল্লুরগা তরা চাক চানসি হায়না ব্রারেপনৈ। অহুদগী ফরে হায়নহুনা ময়ামহু মপল ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌগী সনাকোন্নুং তান্না কারক্রে। মক্সান ইবেম্মা ইন্দ্রানীখোয়দা হান্না ব্রাফমহু হঙ্গংলে। অহুদগী মপল ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌদস্নু ব্রা অহু হজংলে। মজাইবেম্মা থোইবীবু য়ান্না চানবা মরম্না নিংথৌনা খুদক্তা মদাইরেম ঙারুংহনবা কৌশিল্লী। সনায়াথং তাকপীখি, "ইদাইরেম ঙারুংহনবা, ইমোম লাংলেন থোইবীগা লৈমরোল মাপলগা তরা চাক চানবগী লেমলৈ ঙা তানগে হায়রি। লোক্তাক পাৎসা মাপলমক্তগী খ্বাইদগী হেন্না লেমলৈ লৈবা মফম চামকুম্ব্রা পীম্নু। হয়েংদি ইচা

সিজা থোইবীনা চিংহুনা লৈমরোল মাপলমক্তা লোয়নহুনা লেমলৈ ঙা তানবা লোক্তাক কুমগনি। অহুগা হয়েংদি মোইরাংগী তম্বা নীপা অমতা লোক্তাক পাংতা কুমফরোই হায়না পাউ চেম্থোকউ।”

ঙারুংহনবনা নিংথৌগী সনায়াথং মতুং ইন্না কেগে মোইরাং থুংনা নিংথৌ সনায়াথং পাউজেল্লে। লোক্তাক্তা খ্বাইদগী ঙা য়াম্না লৈবা মফমদি ঙারম কোমজিন হায়বা পাংসিনি হায়হুনা লৈমরোন পূন্নমকপু মফম অহুদা ইল চিংনবা হঙ্গৎলে।

অহুদগী নোংঙাল্লে হায়রগা লৈমরোল পূন্নমক তরা চাক চারহুনা নুংগী নীংথেমনুবী লোইনা খোঙ শান্দোরক্লে। তম্বা নীপা মরীনা লমজীংহুনা তুরেল্লুগী খোংবান্দা ব্লাকয়ে হিবু তোংখৎলে। খুমু নোহোং তোয়রে। শেন্দ্রা ইরায়কোন য়েৎলোমদা লৈহোরে, হূইবিদাক নাওরেম কোন লান্না চৎলে অহুদগী ঙারম কোমজিন য়োরহুনা মাগী মাগী ইল থানরহুনা ঙা ফাবা হৌরে।

লৈমরোল মাপ্পলমক ইলচিংহুনা লৈরি। অসোমদনা কমদৌরি? মজাইবেম্মা থোইবীসু লেঙঙক্রদৌরে। মোইরাং তম্পাকয়ুমদা মমোম লাংলেন ঙাংঙোই মজাইবেম্মা থোইবীনা মনাই সেন্থু অচানবীগা লৈরেন ফনেক নীংথিবী শেংকৎলে। সনা খুজীনা খুজেং অনীমক্তা ঙাম্থোইরে। সনাগী কিয়াম লীকফাংনা থাবাক লীকুশি লমঙাল্লগাই পুংহাল মঙ্গল খোই

শাবনা ইবেম্মগী লীকখোম ওই খোল্লে। পাইখুরা নমথাং তবাবী চরৈনা নূরা খ্বাওজেং মচিলাক মনাই সেন্নু অচানবীনা ইলফূই মাইরং ইলচিংলুক্তা হাপতুনা পুরে। হংগেল মতোল চচাঃ তৈবা পৌরা মতোল কোনতোপ্লস্সু য়াওরে।

মমা ইবেম্মনা "অপু ননাইতা চৎকেরা?" হায়রুনা হংডি।

মপাবুং ইবুংঙো চৌংখুবনস্সু হংডি "ইমোম লাংলেন ইবেম্মা কনাগা চৎকদগে?"

মচাসিজা থোইবীনা খুম্বী "অস্সুম সেন্নুগা ইপু ইনাইতা চৎচগে।"

মচাগী রা তাবদা মপা ইবুংঙোগা মমা ইবেম্মগনস্সু য়াবীরে।

মমা ইবেম্মা অমদি মপাবুংগী য়াথং ফংলবদা মজাইবেম্মা থোইবীদো মনাই সেন্নুনা থৌগল তৌ লেওখোরক্লে। মনাই সেন্নুনা মাওদা থাই ইবেম্মনা তুংদা লেওই। অস্সুম লাক্পনা অউল কৈথেল মচিল য়োৌরক্লে।

লৈমরৌন কাং শান্নবা হৌবা মুমিৎ অতুদগী হৌরহুনা থাজীং লাইনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী কুগহৈ অসিবু থোকহল্লগে খল্লহুনা খম্বগী মপূক্তা চওলে। নোংমদি খম্বনা মচেম খমন্নুদা হায়জরকই—"পলেম শকপী ইচেম ইবেম্মা! ইচেম্মা লৈকাইদা অরা চাকনিহুনা ঐবু থাকপা অসে তোকপীরো।

ইচেম্মা ব্রাবসে য়েংবা ঙমদরে। হৌজিক্তি ঐহাক পাঙ্গল চাউরক্লে। ইচেমনা চাকনি ফিনিবা চৎপসি পোথাবীরো। চীংদা কাহুনা শীং চল্লুগে অহুগা ঐনা ইচেমবু অমুক থাক্লগে।"

মৌপ্‌ৱাগী ব্রাবু তারগা মিৎলুদা তরংগী লাইজা ঈহৌই। তৌরুগম্মু হায়না থামজে। মচেম্মা খাম্বা য়াদহুনা খম্বহু শীং চল্লুগনি হায়হুনা থাঙজৌ লেংথোংনহুনা চৎখ্রে। থাংজীংগী চীংখোঙ য়ৌখরে। পামেল উজাও মতোন্দগী তারকপা শীংজা অকংবা পুমদনা পুমদনা লৈরিবহু মপুন শাহুনা পুনশিল্লগা কোকথোং চাউনা শেমহুনা পুরকই। মচেম খমলুগী মমাংদা থারৈ।

মহু উবদা মচেম্মা হায়—"করিগী অম্বুক য়াম্না পুরকইবগে? খবাক লুরক খুদিংদা ইমু তোংজা পল্লগনি, অনা লাইমল ওইরগনি।"

মচেমগী ব্রা তারগা মৌপ্‌ৱা অদোন খম্বনা খুম্মী, "লাঙ্গৈর অতোন তাবগী খংখু অয়েং চেংবগী ইচেমনা লৈকাই খুদিংদা তরা চাকনিবা তোক্লনবা হায়হুনা পুরকপা শীংনি। হয়েং নোং ঙাল্লে হায়রগা ইচেমনা অউন কৈথেলদা পুখৎতুনা য়োনবিরু।"

খম্বা মচেম খমহুনা ঙমজবা শীং খরা পুহুনা চাকচম্মাও অউন কৈথেলদা য়োল্লি। খমহু মতৌ উরগা কৈথেল কাবী

ময়াম্না "মোইরাং মুজা লাঙ্গৈরবী নওগী শীংজা লুথোংপোৎ অসিদি পামেল উপুম ঙাক্তনি চাকওইদবা শীংনি।" হায়তুনা তরেং মমল হাদরে, কনানস্ন লৈবিদরে। মোইরাং কৈথেল খমগদোরকলে। মচেম খমম্নুনা ৱাবদি অতৈগী নত্তে। মোপ্যা অদোন খম্ববু মুমিৎ খুদিংগীদি চাকনিত্নুনা পীজে। ঙসিদি চাকস্নু নিংহৌদরে, শীং য়োনবস্নু শিংতরে, মোপ্যাদি চাক য়াম্না লাম্নম্নগনি হায়তুনা লমথাং ফিরুক খুমতুনা কপতুনা লৈরে।

থোইবীনা খমম্নুগী মতৌ অতু উবদা মনাই সেম্নুদা চিঙ্গোই পাউহংল্লকই—"তম্নুম সেম্নু, কপতুনা লৈরিবী মুজা অসিবু ঐখোয়গী মোইরাং খুল্লক্তা চাকনিবা চৎপী মুপী অতু নত্তবরা ?"

মনাই সেম্নুনা "মাম্নি ইবেম্মা" হায়তুনা খুম্মী।

মনাই সেম্নুগী ৱা তারগা থোইবীনা, "মসিবু মশক মতৌ য়েংবদা মীচম মচা মানদে। খোঙজোম তুরৈ শেংঙি তুখোঙ য়াম্না লংঙি। চাকচা ঈথক ঙৌখিবা মাল্লি। মশক মতৌ ফজৈ চঙ-খোল্লি। ঐনা মাবু য়াম্না মুংশিজে। চৎলু সেম্নু অচানবী, মহাকপু কৌরু অসিদা পুরকউ।"

মনাই সেম্নুনা চৎতুনা খমম্নুদা হায়রুই, "মোইরাং মুজা লাঙ্গৈরবী শীংজা য়োনবী নহাক্না কপতুনা লৈরিববু করিগীনো ? মচাসিজা ইবেম্মা থোইবীনা নহাকপু কৌরি। লাউ চৎলুসি সনানাক্তা।"

সেন্নুগী ব্রা তাবদা খমন্নুনা মুংশাথীনা অকিবগা লোয়ননা ফমফমলাংদগী হৌগৎচরকই। সেন্নু খমন্নু লোয়মনা মজা-ইবেম্মগী নাক্তা চওশিনজরকই। খমন্নুনা মথুৎ অনী লোম্নরম্নুনা ইবেম্মদা খুম্মী। "ইবেম্মনা ননাই লাঈরবীবু সনায়াথং কৌবিববু করি করম্বা মরমগীনো ?" হায়দুনা হঙ্গৎচরকই।

খমন্নুগী মরাহৈ খোনফম অদু তারগা হান্নদগী হেন্না মুংশিরকখরে। হংলকই সনায়াথং—"মোইরাং নুজা লাঈরবী শকহেনবী নওনা শীংজা য়োনদুনা কপতুনা লৈরিববু করি-গীনো ?"

অদুদা খমন্নুনা খুম্মী, "ননাইনা লাঈরবী ওইবনা শীংজা য়োনজরিবনি। ননাইবু পোকপা পলেম পম্মৌ লৈজদরে। ইপ্‌বা অপীশক অমা লৈজে। শীংজা অসি য়োল্লগা অফংবা তরেৎ শেঙ্গা অদুনা চেঙ-চাক ব্রাল্লগা পুদুনা থোং থাক্লগা ইপ্‌বাবু পীজরুগদৌরিবনি। শীংজা অসি শিংতবনা তৌনীংঙাই লৈতদ্রনা কপলিবনি।

খমন্নুগী ব্রা অদু তারবদা মজাইবেম্মা থোইবীনা য়াওরকপা অচা অথক লোইনা খমন্নুদা "নৌপ্‌বা অমা য়ুমদা লৈহৌরি হায়বদুদা পীজরু। নওদি ঐগা চাগিন্নসি। নৌপ্‌বাগী অচা অথক অসি হান্না নয়ুম তান্না চংতুনা থিল্লুরো। অদুগা অমা হল্লকউ। ঐনা ওসি লোক্তাক্তা ইনজিংবা অম্নিদা য়াওরো, ঐগী হিনাও নওনা শাও। ওসিদগী নওগা ঐগা ইতা শান্নরম্নি-কো লাঈরবী।" অসি হায়দুনা অচা অথক ময়ামদু পীরকই।

মজাইবেম্মনা পীনবিবা অচা অথক ময়ামতু খমন্নুনা পুরতুনা মৌপ্‌বা খম্বগীদমক ময়ুম তান্না খিল্লক্লে।

মচেন্না চংলমদাইদা মৌপ্‌বাদা পাউমেল্লম্মী "ইবুংঙো ঙসিদি নচেমদি মজাইবেম্মা থোইবীনা মাগা ঐগা ইতা শান্নরসি। ইবেম্মনা লোক্তাক্তা ঙসি লেমলৈ তানবা লেঙগনি ঐবুস্তু য়াও হিনাও শারো হায়না তাকপীরে। অতুনা ঙহাক য়াঙক্লখিগে ইচেন তম্না হল্লকনি। মজাইবেম্মনা পীরকপা অচা অথক ময়ামসি চাদ্রুনা লৈরম্মু। খোঙকাপ অমতা চংথোক্কনু মোইরাং য়েক্লবা য়াম্মী কেগে কল্লকপা য়াম্মী। ঙসিদি লোক্তাক পাংতা নীপা কুম্বা য়াদে হায়নম্মু সনা য়াথং পাউ চেনখ্রবনি। ইচেমনা লৈবা মফমদা লাক্কনু ইচেমবু থিরক্কনু।"
মচেন্না হায়বা ব্লাতু মুন্না তারগা খম্বস্মু ফৈ হায়রতুনা লৈহোই।

খমন্নুদি থোইবীনা লৈবা মফম তান্না হল্লক্লে। থোইবীগা মনাই সেন্নুগা খমন্নুগা অহুমক লোয়নতুনা ইলচিংবা কুমলক্লে। তুরেলগী খোঙবান য়োরে। ইবেম্মা থোইবীনা তোংনবা ব্লাকয়ৈ হি ঙাইতুনা লৈরম্মে। মনাই সেন্নুনা পুরকলিবা পোং ময়ামতু হিন্নুংদা হাপচিল্লে। থোইবী সেন্নু খমন্নু মপু মনাই অহুম্মক হি তোংখৎলে। থোইবীনা হিয়ায়দা ফম্মী খমন্নুনা হিনাও শারতুনা খুমুনোখৎ তোয়রতুনা লৈমরোন মাপনমক্লা হোনখিবা ব্লাকয়ৈ হিগী হিরম অতু করিমতা কায়দনা হোল্লকই।

মজাইবেম্মা লাংলেন থোইবীনা ফজবসিদি করিদা থাগনি

করিগা পাগনি? লাঙ্জা ঈরাইলৈমনা লোক্তাক ফুম্দৌ ঙানবগুম্মী। ইলজিংফম তান্না ঙালফুং ঙালফুং ফাওরক্লে। ঙারম কোমজিন অতুমক্তুদা থোইবীগী ইলজীংফম ওই। ইল চিংবদা লেমলৈ ঙা য়াম্না ফারে। লৈমরোল মাপলমকসু মজাইবেম্মা থোইবীগা লোয়ননা হরাও তয়াম্না ইল চিংলি। ঙা য়াম্না ফানরি।

অসোমদা খুমন অদোন খম্বদি করম তৌরি?

ইবেম্মা থোইবীনা মচেম খমনুদা পীরকপা অচা অথক-শিংতু চাবা লোইরে। চাক ঈশিং অতুগী হাওবা মহাওতু খম্বা কাউবা ঙমদ্রে। নীংশিং নীংশিংলুরগা থোইবীবু কাউবা ইয়া য়াদরে। থোইবীগী মশক উনীংবনা খম্বা লৈফম খঙদরে, তূম্বা হিপ্পা য়াদরে। মজাইবেম্মা থোইবীগী মশক অসি চত্তুনা হেক্তা য়েংলুরগে হায়না খম্বনা নীপা পূকচেল অরেপ্পা কন্না ইল্লক্লে। হৌজিকমক চৎলুরবদি মচেম খমনুনা লাকনু হায়রম্মী চৈরমগনি হায়তুনা অকিবা খঙতুনা ঙাইহাক্তং লৈ। অতুদগী খম্বা অতু চৎনীংবনা অসুম অসুম মহেনজিলক থাঙবা ঙমলক্রে। মচৎলগে নীংলতুনা মপা পুরেনবনা থনম্বা নৌচাও অতু শগাইদগী থাংথরে। খম্বতু ময়ুম থোঙথীং পৌনম্নে। অতুগী তুংদা লাবা তোলোক মাঙওইননা চরৈ খ্বাংজেৎ তাখৎলতুনা নৌরেল লেংথোংনতুনা লোক্তালোমদা কূমলক্লে।

তুরেলগী খোঙবাল য়োরে। খম্বনা কোয়েং য়েংবদা হিনী হায়বা অমতা উবা ফংদরে। লাইগী নোংদম্না মপা

পুরেনবনা তোংলম্বা হি লোক্তাক ফুমখাদা লৈরিবা মী অমতনা থিবা ফংত্রবা লাইওইদুনা লৈরবা হি অদু খম্ববু তোংহনগে নীংলদুনা খম্বগী মমাওদা ফুং ফাওগংলক্লে।

হিদু উবদা খম্বনা হরাওমনখিবনা ঈশিংদা চোংখদুনা হিথক্তা কাখৎলে। হিম্নুংদা লৈবা ঈশিংদু সিং নাম্না কংনা শিংতোক্লে।. খম্বদু হিক্ক তোংমায় মথক্তা তোংলদুনা কুম্লক্লে। য়াকয়ে হিনা খোঙওইনরক্লে. তোংজেং পাম্লোইনরক্লে মজা-ইবেম্মা থোইবীনা ইলজিংলিবা ঙারম কোমজিন য়োরক্লে। লাংলেন থোইবীনা হিক্ক তোংমায়থক্তা লেপ ইলচিংদুনা লৈরম্বদি করিদা হায়রুগনি তোমশাংনবী শীঙেল লৈরাং থম্বালগুম্মী কল্লগ্রেদা। থোইবীগী মশক হেক উবমক্তদা খম্বগী মপুক্তা থুক লাউবা অমা পোকই। অমুদোন খম্বা লৈফম খঙদে। শুন্দা লৈবগুমগ্রে ইতাউ তাউই মশাদো।

মমোম লাংলেন মজাইবেম্মা থোইবীসু খম্বগী মশক হেক উবদা খংপ্রেক খংদুনা পৌরা মখুৎতা পায়রম্বদু তোপ হেক থাদখি। খঙহৌদনা মচেম খমনুসু মৌপ্‌া খম্ববু হেক উবদা মুংশা থীবনা শাই পাখৎলি।

অদুদগী ওহাক লৈরগা থোইবী য়াখল পরীং খজিক খজিক লাক্লদুনা মচেম খমনুদা হংঙি, "ইতা লাঈরবী নৌপ্‌া অমা লৈ হায়বদু অসিরা ?"

খমনুসু করি তৌনীংঙাই লৈত্রদুনা, "মাম্নি ইবেম্মা।" হায়না খুম্মী।

খমনুগী পাউখুম তারগা থোইবীনা "মসিমক্কী মনাই ওইরগে পুক্কীং অনী লোঙঙরোই" হায়না মুপী পুকচেল পন্দোল লোম্না নীংখরে।

খম্বনসু থোইবী অসি লৌদ্রিবা মখৈ অমুক শিবা কিখ্ররোই হায়তুনা নীপা পুকচেল অথেঙবা য়োনা নীংখরে। অতুদগী থোইবীনা খম্ববু কৌতুনা—"ইপল ইবুংঙো নোইরাং নিংথৌগী সনায়াথং নীপা অমতনা ঙসিগী মুমিৎতা পাং অসিগী মনুংদা কুমফরোই হায়তুনা পাউ চেনখ্রবনিনা মীনা উরগা ফজরোই ঙা খরা পুতুনা কাবিখরো।" হায়রকই।

ব্রা অতু তাবদ খম্বসু মপুক্কীংদা য়াম্না হরাওরতুনা থোইবীনা পীবা ঙা খরদং পুরতুনা কারকলে। মজাইবেম্মা থোইবীবু উজবা ফংলবতুদা মথব্রাইদো য়াম্না মুংঙাইখ্রে।

খম্বনা কাখ্রবদা পাংতা লৈহৌরিবী থোইবীতু খম্ববু উদ্রবদা মথব্রাই ব্রারক্লে, লৈবা ঙম্লক্তে। লৈবা ঙম্নক্ততুনা মক্ষান লৈমরোন মাপনমকপু কারসি হায়না হৌরতুনা কাম্মীন্ন-রক্লে। মযুম ময়ুমদা থুংলরে। খমনুসু ময়ুমদা থুংলরে। থোইবীসু মনাই সেন্নুগা লোয়নতুনা ময়ুমদা থুংলরে। অহীং অতু লেপ্লে। নোং ঙাল্লবদা লোইজা নিংঙোল লাকপগী ময়ুমদা তরা চাক চাননি হায়তুনা মহৈ মহৈ ঙম্না লাক্লরে।

চাক চাগদবা মতম য়োরক্লবদা থোইবীনা খম্বগী ময়ুমদা চংতুনা য়াম্না উননীংলক্লে। মরৈ তৌতুনা হায়রকই "ইক্ষান

লৈমরোন পুন্নমক তরা চাক চাবিরম্লো ঐবু ঙাইবিরম্নগনু। তয়ুম সেম্মুগ। মোইরাং লাঙ্গৈরবী ইতা নহাক্তসু য়াওহোরো। ঐদি ইমাবোক্তীদমক অচা অথক পুন্নমক শুনা হাপতুনা লুকথোং থিল্লুখিগে।" অসুম্না হায়শিন্নরগা পুখম অচৌবা অমদা অচা অথক পুন্নমক শুনা হাপতুনা পুরগা খম্বগী ময়ুম তান্না চংখ্রে।

খম্বনা মঙাইবেম্মবু হেক উবদা হরাও হরাও কৌশিনজে। য়াম্না তরাম তরাম্না মজাইবেম্মনা পুবিরকইহু করিনো হায়দুনা হংঙি। খম্বনা হংজবিবা অদু খুমম্বা তৌদনা থোইবী ইমুংদা লেঙশিনখি। ইমুং মন্নুং য়োরবা মতমদা ইবেম্মা থোইবীনা 'ইবুংঙোগীদমক হায়দুনা অচা অথক খরদং পুজরকইবনি।" হায়না খুনজৈ।

থোইবীগী পাউখুমদু তাবদা খম্বা ঙকখ্রে অমদি য়াম্না কিখ্রে হায়রকই, 'ঙিঃ করিনো ইবেম্মা নঙদি নিংথৌগী মজাইবেম্মনি। করিগুম লৈত্রবা ঐগুম্বগীদমকপু অচা অথক পুরকইবসিদি ঐদি ওয়োকনা মুংশা থীজরে।"

মদু তাবদা থোইবীনা "করিগী মুংশা থীবিরিবনো ইবুংঙো! অসিদি করিসু লৈতবনি। ঐগী হকচাং পুন্নমক অসি ইবুংঙোগী মফমদা কথোকচপ্রবনি। ঐহাক অসে ইবুং-ঙোগী মনাই ওইজগে মুপী পুকচেল য়োনা নীংজখ্রবনি। অসিদসু নত্তে ঐনা নীংজরিবদি মপোক মপোক খুদিং মপোক

লাংঙোন তরেৎলক্কী মখৈদি ননাই ওইজগে নীংখ্রবনি। য়াব্রা অনী শুখ্ররোই, পূক্লীং অনী লোঙখ্ররোই মিৎয়েং অনী য়েংখ্ররোই ব্রাশকচখ্রবী ননাওনি। নীংঙোল ব্রাশক কায়হনবিন্নু। নূরা ব্রাশক থুংহনবদি পাখং ওইবগী মথৌনি।" হায়না থোৎনা মেঙলবা খোঙ্গেলনা হায়জরকই।

মজা ইবেম্মা থোইবীগী ব্রাসি তাবদা খম্বসু নপূক্লীং ওমখৈ লৈতনা মুংঙাইরদুনা "ইবেম্মনা নীংবিরম্মীবা অদুদগী ঐনা খরা হেনজিন্না নীংজরম্মীবনি। য়াম্না মুংঙাইরে। থাংজীং লাইনা কুবিবা ওইরসন্নু।" হায়না চিঙ্গোই পাউথুম্লে। খম্বা-থোইবী অনীদো "লৌনসি লৈনসি মালেম লৈনা খঙলসন্নু, কোরৌনোংনা তারসন্নু, মুমিৎনা থানা খঙহৌরসন্নু" হায়না ব্রাশক্লে। অদুদগী থোইবীদু খম্বদা হল্লগে হায়দুনা পাউমেল্ল-ম্লগা লাক্কুনা মক্মানশিংনা চাক চানরিবা মফমদু য়ৌরক্লে। থোইবীসু তরা চাবা লোইরে।

তরা চাক চানবা লোইরদুনা লৈমরোন মাপলমক কোম্নুং তান্না হন্নখ্রে। থোইবীনা চিংলদুনা খমন্নুপা সেম্মুগসু হল্লক্লে। মনাই সেম্নুনা মাঙদা চৎলি খমন্ন নোংয়াই চন্নুবু থোইবীনা খুক্লেং পায়দুনা চৎমিন্নৈ। অস্নুন চৎমিন্নবদা থোইবীনা ব্রা হায়বা হৌরকই, "ইতাগী নোপ্‌্বা অদুদি য়াম্না চাউরেনা। পাখং ফারে। নোপ্‌্বা চাউরম্মবনিনা ওসিদগী মিঙ্গোফম থিনরসি।"

খমন্নুসু "ফৈ মজাইবেম্মা।" হায়না খুম্মী।

থোইবীনা হায়রকই, "নখোয় খুমলগা ঐখোয় মোই-রাংগদি ইচল ইনিং থোকই। অহুনা ঙসিদগী হৌরহুনা ইতাদা ঐনা ইনম্মা হায়না মিংগৌরনি।"

রা অহু তাবদা খমনুসু মজাইবেম্মা থোইবীনা মৌপ্রা খম্বদা লৈনীংলে হায়বহু মপুক্তা খঙলহুনা "ফরে ইবেম্মা" হায়হুনা য়াথোকখ্রে।

অহুদগীদি থোইবীনা রা মথা তাথরহুনা, "অহুদি ইনম্মা! ইনম্মখোয়গী য়ুমদি ঐহাক্কি খঙদে। ঙসিগী নুমিত্তা ইনম্মখোয়গী য়ুমসু হেক্তা মখঙহৌরগে চৎলসি" হায়শিল্লকই। থোইবী, সেনু, খমনু মখোয় অহুম তুংথ মাঙথ লাকুনা খম্বগী ময়ুম মরান্দা থুংলরে।

রারী শীংবুম কয়া শানরবা তুংদা থোইবীনা খমনুদা "ঙসিদগী হৌরহুনা মোইরাং, খুল্লক্তা চৎতুনা তরা চাকনিবা তোকপীরো। নৌপ্রা অদোনগা ইনম্মগগী চাবা ওক্লবা রাত্তনবা ঐনা পীরক্কনি।" অসুম্না হায়রম্লগা মজাইবেম্মা থোইবীদো মনাই সেম্নুগা লোয়নহুনা ময়ুমদা হল্লক্রে। নুমিৎ অহুদগী হৌরহুনা খম্বা খমনু অনীমক্কী চাবা থকপা রাৎতনবা পীহুনা থোইবীনা য়োকলে।

মসিগী মতুংদা লোইদাম থাবুম ওল্লকপদা মোইরাং খুল্লক খুনথা অনীমক খম্বনা লৈরিবা মনীং চেঙগৈ পাৎলেন

অতুদা কাংজৈ শান্নে। খুনথাগী পানাদি অঙোম নোংবান অথা কোংয়াম্বনা চিংডি। খুনথক্কী পানাদি নামোই খম্বনা চিংডি। কাঙজৈ শান্নবগী মনিন অতু তাবদা নোংয়াই অদোন খম্বস্থু কাঙজৈ য়াঙনীংবনা চৎনীংবনা য়ুমদা ফম্বা ঙমদরে। অতুদা মচেম খমনুনদি চৎকনু কেগে য়েক্লবা য়াম্মী মোইরাং কল্লকপা য়াম্মী হায়তুনা খাম্মী। "ইবুংঙো নঙগীদি নরূপ নপিজা লৈজদে, নচিন ননাওস্থু লৈতেদো। চৎকনু। ইচেমদি মোইরাং খোরী কৈথেলদা কারুগে। নঙ য়ুম শঙলম্মু।" হায়রম্লগা মচেম খমনুদি কৈথেল কাখরে।

খম্বদি মচেম্না কৈথেল কাখ্রিবৈদা কাঙজৈ ঙহাক্তং য়েংঙ্গে হায়রতুনা চৎথোকলক্লে। কাঙজৈবুং মপান্দা খম্বা মতোমতমক লেপতুনা য়েংঙি। মোইরাং মীয়াম পুম্নমক্না কাঙজৈবুং ব্রাংমদা লেপতুনা য়েংলিবা তম্বা পাখং অসিবু কনা ওইরিগবা? মীওই মীতৌস্থু য়াম্না চঙখোল্লি ফজে হায়না ঙাঙনৈ। অতুদগী মোইরাং নিংথৌগী মনাও ইবুংঙো চৌংথুবা ব্রাঙ্গোল নিংথৌনা কংলা কারকপদা খম্ববু উরতুনা "অসিদা লেপলিবা তম্বা নীপা অসিবু কনানো?" হায়তুনা ব্রাঙ্গোল নিংথৌ সনা য়াথং হংডি। মনাইশিংনা খঙজদে হায়না খুম্মী।

অতু ওইরবদি তম্বা নীপা অসি কৌরু হায়না মনাও ইবুংঙোনা সনায়াথং তাকপীরক্লে। খম্বা কৌরে। খম্বা চঙলক্তুনা মনাও ইবুংঙোদা খুরুম্লে। সনায়াথং কৌবগী মরম

হংজরে। খম্বা মশক উবদা চীংখুবদো খম্ববু মুংশিখ্রে, চিঙ্গোই মপাউ হংলকই "তয়ুম নঙবু কনানো? নপা কনা নমা কনানা পোকপনো নরানয়াইনা কৈদনো?" অম্মুম্না। খম্বনা খুবাং তরা লোন্নরতুনা ব্লাঙ্গোন নিংথৌ মফমলাংদা হঙ্গংচৈ. "ননাই ঐদি ইমা ঙাংখরৈমনা পোকপনি. ইপাদি পুরেনবা কৌই। ইমা ইপাদি লৈত্রে। ইচেম অমতং লৈজে। মমিং খমন্নু কৌই। ইচেম খমন্নুনা য়োকপীতুনা চাউরকপনি। হৌজিকস্মু ইচেম মহাক্না য়োকপীরিবনি।"

খম্বগী ব্লাতু তারগা মনাও ইবুংঙো ব্লাঙ্গোন নিংথৌনা সনা য়াথং তাকপীরকই, "নপন পম্থোদি ঐগী ইনাইনিনা, ঐনা শেম্বা চারনি, শেম্বা লোইখিদ্রবা নপম্থোনি। ইহাক থকসিদা নঙবু শেম্বীরগেহে তয়ুম"। অম্মুম হায়রতুনা খম্ববু কংলা তান্না পুখংখরে। মনাও ইবুংঙোনা কংলা য়োরকপা মতমদা ফৈরোইজাম্ববু পোকপা নোংবান চাউবা নোংথোনবা, কোংয়াম্ববু পোকপা খাদ্রাকপা, থাঙ্গারাকপা অঙম্বা অহুমনা চিংলতুনা ফমনাই ফান্নাইবা পূম্নমক লৈরম্মী। খম্ববু চীংখুবনা লমজীংলতুনা কংলা লোইশঙদা পুশিল্লকই। অঙম্বা ময়ামতুদা চীংখুবনা হংঙি মানা পুরকলিবা অঙাং অতু মশক খঙব্রা হায়না। কনা অমতনস্মু খঙঙি হায়দ্রে। ঙম্না খঙদে খঙদে হায়নরে।

ময়াম পূম্নমকনা খঙদে খঙদে হায়নরকলবতুদা মনাও ইবুংঙো চীংখুবনা পারী পুরী লীরে মখোঙ মরী তাকলে।

চীংখুবগী য়াব্রা তারগা নোংবান চাউবা নোংথোনবনা মাগী মরূপ পুরেনবগী মচানিদনা হায়ত্থনা খম্ববু কোল্লত্থনা কপলক্লে। মত্থ পূম্নমক উবদা নিংথৌ মনাই অঙম্বা পূম্নমকস্থু খম্ববু চানবিরে হরাও হরাও ওকপীরে। অত্থদগী খম্ববু মোইরাং থাংজীং হরাওবগী খুনথক পানাগী লৈরোই হনজবা হাপ্পীখরে। অত্থগা খাদ্রাকপগী মচা কোংয়াম্ববুনা খুনখা পানাগী লৈরোই হগুবা হাপখি। অঙম্বা পূম্নমক্লা খম্বা নোংবান অনীবু মতাউ শান্নহনখি। মোইরাং নিংথৌদা ব্রাফম পূম্নমক অসি হঙ্গংলে। নিংথৌনস্থু ফরে হায়না য়াবিখ্রে। অত্থদগীদি মনাও ইবুংঙো চীংখুবনচিংবা অঙম অথৌ পূম্নমক ময়ুম মরানয়ায়দা কূম্নখ্রে।

খম্বস্থু ময়ুম য়োৗরত্থনা মচেমদা ব্রা পূম্নমকসি তমলৈ। ব্রাত্থ তাবদা মচেম খমন্নুস্থু য়াম্না হরাওরে। থোইবী পোকপা চীংখুবস্থু ময়ুমদা হল্লক্লগা থোইবী পোকপী মমাদা পাউ পূম্নমক তম্মী।

মপাবুং চীংখুবনা সনা সঙ্গাই য়োৗরকপা মতমদা ইবেন্মা থোইবীদি ফি শাত্থনা লৈরম্মী। মপাবুংনা খম্বগী ব্রাত্থ মমাইবেন্মদা তম্বা তাবদা থোইবীনা মাগী মবুংঙো খম্বাগা মপাবুংগা খঙনরবোইরে খঙবদা থোইবীদো মপূক্লীং মুংঙাই-খিবনা মখুৎতা পায়বা পাঙনদেম অদো লৈপাক্তা তাখিবা খঙহোৗদ্রে। অত্থদগী থোইবীনা মনাই সেন্নুগা ব্রা তানৈ। "কোংয়ানবদি ইনাক খুনবা নীপানি তালোয় মঙা লোনবনিনা হয়েং কোংয়ানবনা চীংদা কাত্থনা লৈ হেকপা চৎপদা মথেন

লুকোই য়াম্না পুগে হায়ররনি। নবুংঙোতোনগীদি ইনম্মনা লাঙ্গৈরবী ওইবনা মৌপুন্না খম্ববু পুহনন্নবা করিস্থু লৈরম্মোই"। হায়তুনা থোইবীনা অচা অথক মথেন লুকোই য়াম্না লাংঙতুনা থামেন চংপা ফি মতুপ অমনা য়োম্মী, কাব্রং লংজা অকনবনা পুল্লি। থোইরুনা চাতুম নম্মী অতুগা ময়োমতু থোইবীনা মনাই সেন্নুগা লোয়নতুনা খম্বগী ময়ুম তান্না থিল্লকই। খম্বগী মরালয়াইদা মপু মনাই থুংলরে। মনম্মা খমন্নুদা হায়রৈ, "ইনম্মা. ইবুংঙোনা লৈহেকপা চংপদা অচা অথক অসি পুতুনা চংহনবীয়ু।" খম্বদস্থু পোং অতু পুতুনা চংলু হায়রম্মী। রাতু হায়রম্লগা থোইবীগা সেন্নুগা মপু মনাই লোয়নতুনা ময়ুমদা হল্লক্লে।

অসোমদা কোংয়াম্বস্থু মাগী তালোই মঙানা শেম্বা মথেল লুকোই পুরতুনা লৈ হেকপা চংকদবগী থোঙ শান্দোক্লক্লে। লংথবানগী লমলোংদা মতাউ খম্বা য়োরক্লি হায়তুনা মতাউবু ঙাইতুনা কোংয়াম্বা লৈরি। খম্বস্থু মাগীদমকনি হায়তুনা মজাইবেম্মনা লাংঙকপা মথেল লুকোই পুন্নমক্তু পুরতুনা মঙাওগী নাক্তা য়োরক্লে। খম্বগা কোংয়াম্বগা উনরে। কোংয়াম্বনা "ইতাউ নঙদি অস্লুক থেঙলকপদি করি তৌরে?" হায়না হংঙি। অতুগা মাগী অচা অথক অতুবুস্থু খম্ববু খরা পু হায়।

কোংয়াম্বগী রাতু তাবদা খম্বতু ঙমখৈ লৈতনা শাওই। য়াম্না শাওনা "করি রানো ইতাউ নমাস্থু ইমাগা অমহানি. নপানস্থু ইপাবু হেনদে। নঙগা ঐগস্থু মান্নৈ নঙগী নপোংপু কৈদৌতুনা ঐনা পুগদগে?" হায়না খম্বনা খুম্মী।

খম্বগী পাউখুমদু তারগা কোংয়াম্বনা খোইরুম মোমোন তৌরদুনা হায়, "করি রানো ইতাউ! ইশক ইতৌ ফজবস্মু ইরল ইথুম লৈবস্মু ঐনা হেল্লিনা। মরম অদুনা খরা পুজেম্মু হায়বনি।"

খম্বনা করিগী পুরুনি হায়দুনা য়াদ্রে। চৎনা চৎনা কোংয়াম্বনা মাগী মপোং ময়োমদু খম্বগী পোংয়োম মথক্তা লংশিল্লি।

খম্বনা 'ইতাউ নঙদি নীংঙাই য়াম চাউইনা" হায়দুনা কোংয়াম্বনা লংশিল্লকপা পোংয়োমদু লৌথোক্লুনা হুন্দোকই।

কোংয়াম্বনা "করিনো ইতাউ নঙনা পুরোই হায়রগা মতোক্কনি। লাক্লুনা হেকমকহুন্দোকপদি হৌনদেদনা। মচুম মহাউমখৈদি ঙম্না লৈপাক্তা তাথ্রগনি।" হায়দুনা থুনগংলি।

কোংয়াম্বানা শাউরদুনা খম্ববু খরা লাক্লরগে খল্লদুনা খম্বগী মাঙ থাদুনা হেনগংখরে। খম্বা নোংবান অনী অস্নুম চৎলকপনা থাংজীং চীংগী চীংখোঙ য়োরক্লে। চীংগী অরাং পাংবদা লোইবী হাউগালৈ চীংয়া পামশালৈ হায়বা লৈ অদু ইঙাঙ ঙাঙনা শাংলম্মী। কোংয়াম্বনা লৈশিং অদু খম্ববু অমতা হেকহল্লরোই হায়না মপূরুীংদা খল্লদুনা লৈ শাংলিবা লম অদুগী মখৈদি থুনখাগী লৈ হেকফমনি। থুথক্লা হেকপা য়ারোই হায়দুনা কনশিল্লে। লৈ ইশাং শাতবা খাথংবা চীংমায়

অদুনা খুম্বক্কী লৈহেকফম্নি। 'নরাইবক্কী মতুং ইনবনি। হেক-নীংবা মখে শাংতবা চীমায় অসিদগী হেকচক্ক।" হায়রম্লগা কোংয়াম্নদি লৈনা থন্না শাংলিবা মায়কৈ অদোমদা চঙশিন্দুনা অশাংপা লৈ মখে লোইনা হেকচিল্লে। অদুদগী পোলাং অমা শারদুনা লা য়ৈরগা য়াম্না কন্না পোনমায় চেংনা তুংশিন্দুনা খম্নগা লৈ হেকপা লোইরে হায়দুনা খম্ববু ঙাইদুনা লৈরে।

খম্বদি অসোমদা কমদৌরি? লোকমায় অনীলাম্না পামেল উজাওমরক্তা কোয়না চংনা খিরকপদা লৈনি হায়বা অমতম্সু থিবা খঙদ্রদুনা পূক্নীং ব্রানা হল্লক্লে। লাইগী নোংদমদগী য়োংনফাও কাবা ঙনদ্রবা উজাও অমা হৌরম্মী। পামেল উজাওথক অদুদা মেলৈ হায়বা লৈ অদু মপুং ফারবা চরোং তরাতরেং শাংলম্মী। লাইনা চানবা খম্বনি। উজাও অদু লায়না কাখংতুনা লৈ চরোং তরাতরেং অদু ঙম্ন হেক্লে। লৈ অদু পুদুনা কুমথরকপদি ঙমদ্রদুনা লৈপাক্তা থাদরকই। লৈ অদুনা লৈপাক্তা তারকপদা তেকপা য়াই হায়দুনা থাজীং লাইরেম্মনা তমপাক্তা য়াবী। লৈ অদু তেকপদি লায়রদনা লৈগী লৈয়োন্দা পকপা লীক্লা য়ৌনবু তাখিদে। অদুদগীদি হেকপা লোইরদুন' খম্বসু উতোন্দগী কুমলক্লে। লৈ হাপনবা পোলাং অমা শারে। লৈহৌরা য়ৈরদুনা লৈ অদু হাপচিল্লে। লৈশং চরোং তরেংথকসু শাংলমদুনা হেক্কুনা হাপচিল্লে। অদুদগী চীংগী পোংথা মপাল তরেংথকসু হাপচিল্লে। লৈরাং পোনমায় তুশিল্লে। খম্বদু মপূক্নীং মুংঙাইরদুনা ময়ুমদা লৈহৌবা থোইবীবু নীংশিংলকুনা খুৎলঙ ঈশৈদুম শকখিগে হায়দুনা

খম্বনা থোইবীবু থাহুনা ঈশৈ শকলকই। খম্বগী ঈশৈ অহু তাবদা কোংয়াম্বহু শাওনীংবনা মতোমতা লৈবা ঙম্লক্রুহুনা অমুক হৌগৎ অমুক ফমথ তৌহুনা লৈরে। তানজা অহুদা খম্বসু মাগী লৈ পোলাং অহু পুহুনা মতাও কোংয়াম্বগী নাক্তা চঙলকই।

খম্ববু উরবদা কোংয়াম্বনা য়াম্না শাউনা হংডি '‘নঙনা ঙসাই থোইবীবু থাহুনা ঈশৈ শকপা অহুদি কনানা শকউ হায়হুনা শকপগে?”

খম্বনা মহাক্তি শক্তে হায়না খুম্মী। খম্বগী পাউখুমহু তাবদা কোংয়াম্বা মুংঙাইখিদ্রে। অহুদগীদি মাগী মাগী অচা অথক পুনরকপহু পুথোকনরক্তুনা চানরে। খম্বগী অচা অথক য়োম্লকপা খামেন চৎপহু উবদা কোংয়াম্বনা কৈদগী ফিনো হায়হুনা হংঙি।

“ইপানা শেৎলম্বা ফৈজোম মচেৎনি।” হায়না খম্বনা খুম্মী।

মহুবু কোংয়াম্বনদি মপূরুীংদা য়ানীংখিদে। শাওনীং-মনখ্রহুনা কোংয়াম্বনা মাগী লৈনা নামা ওই, খম্বগীনা নামা ওই পাবোং নাহুনা খম্বদা পুজেম্মো হায়।

খম্বনা করিগী পুজরুনি হায়হুনা শাওনা খুম্মী। কোংয়াম্বনা পুদবা য়াদে হায়রমক্তদা খম্বনা য়াদবদি ‘নপা ইকু পুরেনবনা ব্বারক্তবরা!” হায়হুনা কোংয়াম্বনা হায়।

কোয়াম্বগী য়াহ্ন তাবদা খম্বা শাওবনা লুতোন কাখ্রে। খম্বনা হিংলিডৈ মাবু পোকপা পুরেনবগী মমিং পনবা য়ারোই হায়হ্নুনা ফন চোংশিন্দুনা খম্বনা কোংয়ানববু পমহ্নুনা থাদে। খম্বগী পাঙ্গল অহ্ উবদা কোংয়াম্বনা খম্ববু কল্লী হায়হ্নুনা কিখি। অহ্নগা মচিন্দাদি কিশিন্নখিদে। কোংয়াম্বনা হায়খি করিগুম্বা মহাক্না মায়োক য়ারম্লবদি খম্বগী মঙক তেক্লমগনি। মতুং মনাও মীগী মপা তরাই তরাই পনগম্নু হায়না কোংয়াম্বদা হায় খম্বনা। অহ্নদগীদি মাগী মাগী লৈপোন পুরক্নুনা ময়ুম ময়ুমদা থুংলরে।

খম্বনা লৈবা লমদি চেঙৈগে পাৎলেন কৌই। কোংয়াম্বনা লৈবা লম্না য়াওম্নু খুন্দোন কৌই। কোংয়াম্বনা খম্বা অসিমক্কবু ওৎলগে নংহল্লগে নীংলহ্নুনা মুমিৎ তারবা মম্লবা মতমদা খম্বনা লৈরিবা চেঙ্গৈ পাৎলেনলোমদা লাক্লহ্নুনা নিংথৌ সনায়াথং শাশিন্নরহ্নুনা অম্নুম হায়না পাউ চেন্লে। হয়েংদি লাই হরাওবদা সনানা মম্নুং কাবা লুপানা মফেল ওইবা ফিশেৎতুনা কাগদবনি। অহ্ নত্রবদি কনাগুম্বা অমতনা থাজীং লাইবু থোগল তৌরবা য়ারোই। অম্নুম্না পাউ চেন্লম্লগা কোংয়াম্বদি ময়ুমদা লোম্না চেনখ্রে।

পাউ চেন্লম্বা অহ্ তাবদা খম্বা মচেম খমম্নুদি অরাবগী পন্দোল লোমখ্রে। খম্বা মানদি খঙদবা কৌবনিনা লৈজবা শেৎতুনা মকানি হায়জৈ। মচেম খমম্নুদি য়াদে। মচেম খমহ্নুনা ময়াত্রবদা মচিন মৌপা মপা পুরেনবগী মতাউ থাঙ্গারাকপগীদা

চৎতুনা ব্রাইরুসি হায়নরহুনা চৎখ্রে। থাঙ্গারাকপনা লৈতে হায়তুনা পীরক্তে। খম্বা খমন্নু অনীনমক ইকাই ইকাই হল্লকই। নোংঙাল্লমদাইদা লাইরৈবাক্তা মপা পুরেনবগা মমা ঙাংখরৈম-গানা মচা অনীন ব্রারিবহু উরহুনা লাইরৈবাক্তগী কুমথরক্তুনা খমন্নুগী মমংদা মপানা তাকপীরৈ। "নপা থোংলেনগী ময়ুমদা ফিনা কিং কিং নমহুনা থন্না হাপ্লবা তাবু লুবাক তরা থনম্বনি। নোং ঙাল্লগা চৎতুনা নখোয় অনীনা শেৎনীং শেৎনীংবা ফি লৌহুনা শেৎলু।"

নোংঙাল্লগা মপা থোংলেনগী ময়ুমদা খমন্নুগা খম্বগা অনীমক চৎলি। থোংলেন্দি মাঙ্গোলদা ফমলম্মী। মচীন মৌপ্বা চঙশিন্দুনা খুরুম্মী। থোংলেম্মা কনানো কৈদৌবা লাকপনো হংঙি।

খমন্নুনা 'ইপাদি পুরেনবা কৌই, ইমানা ঙাংখরৈমা কৌই। ঐগী ইমিংনা খমন্নু কৌই ইপ্বাগী মমিংনা খম্বা কৌই। ইপা থোংলেন্দি ইপা পুরেনবগী মরূপনি হায়। মোইরাং থাংজীং হরাওবদা শেৎননবা ইচিন ইপ্বাগী ফি অফবা লৈজদহুনা ইপাগী মফমদগী ব্রাইজগে হায়হুনা লাকচরিবনি।"

অহুদগী থোংলেম্মা খম্বা খমন্নুবু চঙলকউ হায়হুনা কৌশি-ল্লগা খম্বাবু য়েৎতা পম্মী অহুগা খমন্নুবু ওইদা পমহুনা "ইপাদি নখোয়, অনীবু কাউরুরে।" হায়হুনা নোং থোংবগুম কপলক্লে। "ইপাদি মরূপকী মফমদা শমুমা ঙাই থিদে,

নিংথৌনা ভাই খওদে হায়বত্তু থোক্লে। ইতাওনা নখোয় অনীগী শেংননবা হায়রুনা ফি তাব লুবাক তরা থমম্মী। ব্রাক্লরগনু ইবেম্মা। নহাক্ল মখৈ নখোয় অনীদি কৈদা লৈক্লবগে?" হায়না হংডি।

মত্তু তাবদা খমম্নুনা খুম্মী, "ইপানা শারম্বা য়ুম অত্তুদা অত্তুম লৈ।"

অত্তুদি নপা ইতাওনা শারম্বা য়ুম অত্তু মল্লম্নগনি হায়রুনা মনাই নীপা হুনফু মডা থাত্তুনা হরাওবা কাবা নংনবা শেমহল্লি। মপা থোংলেননা খম্ববু জগোয় তম্বীরে খোঙলৈ চানবা, মমাগী মতা ইবেম্মা থোংলেনবীনা খমম্নুবু জগোয় তম্বী। অত্তুদগী খম্বগা খমম্নুগা অনীমকম্তু জগোয় তম্বা লোইরত্তুনা ময়ুমদা হল্লক্লবা মতমদা ময়ুমগী অংতেক অকায় নয়াম শেম্বীরম্লবদা মচীন মৌপা ডমখৈ লৈত্তনা হরাংখ্রে! খম্বা মপা পুরেনবনা থনম্বা নীংখম শমজীল ফীরোল পূম্নমক থোংলেনগী য়ুমদগী পুরক্লে। লাই হরাওবা থৌগল তৌরুনবা খম্বত্তু নীংখম শমজীল শেংকংলে। মচেম খমম্নুস্তু মমানা থনম্বা কুমিলত্তু শেংলে। সনাগী লৈতেংনা কোকনম ওইরে, সনরীক পরেংনা ডক্কা শি।

মজাইবেম্মা থোইবীগা মনাই সেম্নুগা খম্বত্তু লৈ হেক্লক্তনা লাক্লরিদরা হায়বগী ম্নুংশা থীবনা হংলুগে হায়রুনা খম্বগী য়ুমদা থুংলরে। মখোয় অনীনস্তু খম্বগা খমম্নুগা শেংননবা

ফি অমমমস্থ পুরকই। থোইবীগা সেনুগা লাকপা উবদা মনমা খমনুনা কৌশিন্দুনা ইমুংদা ফমহল্লি। ওরাং হেকলুবা লৈ অদু থোইবীনা খম্বদা য়েংগে হায়। খম্বনা লৈপোল অদু অহাং লীক্লা চাসনু হায়দুনা মপান্দা থম্বদু থোইবীগী মমাওদা পুশিল্লক্লে। ফজ ফজরবা লৈশিং অদু উবদা থোইবী ওমখৈ লৈতনা হারাওখি। অদুদগী থোইবীনা লৈথোন মাপন মাপন ফাংনা লেংলম্লগা থনমলে। অদুগা মহাক্লা পুরকপা ফিরোই অনী অদু মখুৎতা পীরয়গা থোইবী সনাশঙ্গাই তায়া হল্লক্লে। খম্বা থমনু অনীদু লাই হরাওবা ননবা তরা চাক চারে।

---

# লৈ লাংবা অমসুং লাই-হরাওবা

মোইরাং কংলা পুংজাও থীল্লে। পুংখোল অতু তাবদা মোইরাং নিংথৌনচিংবা লৈবাক মীয়াম মোইরাং থাংজীং হরাওফমদা তিনবা লোইরে। অসোমদা থোইবীনা করি খল্লি। মহাক্না লাই হরাওবা কাবদা মবুংঙোতোন খম্ববু লম্বীদা উনরবদি মহাক্না নীংবা থুংজরগনি অম্মুন্না। খম্বসু থোংলেনগী মনাই অনীগা লোয়নছুনা চেঙ্গে পাংলেনদগী লাইহরাওবা কাররে। খম্বনা কারকপসিদা ফজবসিদি করিগা পাগনি নীংখম শেংলি শমজীল চিল্লি, নিংথোগী শামু য়াইশনা সনা তাইবোং হাপতুনা সনা থোগল ইনবগুম খম্বা কামজাও হুন্না মীচাও শাজং নোম নোম কাররে।

থেক থেক নোগা নৌ মজাইবেম্মা থোইবীসু লাইহরাওফম তান্না কারকই। থাংজীং লাইনা কুবিরে শনজেল থোংগী মনাক্তা খম্বগা কোক থেংনরে। মপূক্লিং হরাওনরে। পান্না

লাম্নহুনা চামিন্নরে। ঙাইহাক পুঙ্গোয় পোৎথামিন্নরে। অহুগী তুংদা লাইহরাওফমদা খম্বা থোইবী অনীমক থুংঙরে। খম্বনা নীপা মরক্তা ফমখরে। থোইবীনা লৈমরোল মরক্তা ফনখ্রে। খম্বনা মনাও ইবুংঙো চীংখুবগী পানা পাম্বোমদা লৈরোই হনজবা ওই। কোংয়াম্বনা মপল ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌগী পানা পাম্বোমদা লৈরোই হনজবা ওই।

কোংয়াম্বনা হান্না লৈ লা'বা চংঙি। থাংজিং অমম্মুং নোংশাবা মতৈ মনাও মরীমক্তা লৈ কংলি। অহুদগী মোইরাং নিংথৌ, মনাও ইবুংঙো চীংখুবা, মক্ষান ইহেম্মা ইন্দ্রানী থোয়াদা, থোইবী পোকপী তমপাকলৈমা পুন্নমক্তা কোংয়াম্বনা লৈ কংলি। মোইরাংগী অঙম্বা চামা হুনফুত্তরেং অহুদম্মু থুংনা লৈ য়েল্লে। মথংদা মোইরাংগী নিংঙোল মখৈ অহুদম্মু থুংনা লৈ য়েনগে হায়হুনা চঙলে। নিংঙোল ময়াম্না লৌবিদ্রবম্মু থোইবীতনবু লৌবিরবদি হায়হুনা মপুক্রীং চপ য়ুংনা নীংহুনা চঙলকই। পামদবা কোংয়াম্বনা লৈ য়েনগে চঙলক্লে। লৈবাক্কী মাঙদদি অপাম্বা শাশিন্নরগে খল্লহুনা কোংয়াম্বগা নিংগৌকম থিনহুনা থোইবীনা লৈ লৌখি। কোংয়াম্বগী লৈবু থোইবীনা লৌখিবদা কোংয়াম্বদো নুংঙাইমনখিবনা খোঙকাপ নৌরা থাংবা থোকখিদরে, খোঙথাং চুমখিদরে। অম্মুম্না কোংয়াম্বগী লৈ য়েনবা লোইখরে।

অহুদগী খম্বম্মু লৈ কংপা থাংজীং লাইগী লাইনুংদা চঙলক্লে। মপাগী মতাও থোংলেন্না য়েৎকী থুং পায়, মকু

নোংবান চাউবনা ওইগী মখুৎ শম্মি। খম্বনা য়ায়দা চৎলি। মবাই ফৈরোইজাম্বনা লৈপোন পুত্থনা তুং ইল্লি। লাইকোম্নুং অত্থদা চওলক্লুনা লাইদা লৈ কৎলে। থাংজীং লাইদা লৈ কংপা লোইরবদা মোইরাং নিংথৌদা লৈ কৎকে হায়ত্থনা মখোয় মরীনক্তু থোরকই। মখোয় মরীবু উবদা মোইরাং নিংথৌত্থ সনা পূক্লীং ইপেল হেক পেল্লি। মোইরাং লৈবাক্কী মীপূম খুদিংমকস্থ পেল্লি। খম্বনা মোইরাং নিংথৌদা কংপা লৈদি সংত্রে অমা, লাংথ্রে অমা, লৈশং খেকরাইবা অমা, মেলৈ লৈম্না নোংজুমপান অমা, লৈ মখল মরীমকসি কৎলি।

খম্বনা লৈ লাংবদা পেল্লবা মোইরাং নিংথৌনা খম্বদা মনা পীগে নীংলক্লে। অত্থদগী মোইরাং নিংথৌনা খম্বদা. "তয়ুম খম্বা! নংগী লৈ য়েন্নবা খরাই অসি ঐংগোন্দা থনমলো। অত্থগা ঐগী পুখম কাপ মাপল পাকপা অসিদা লৈ অত্থ হাপতুনা য়েনজক্ক।" হায়ত্থনা পুখম অত্থ পীবিরে। অমুক্কস্থ মোইরাং নিংথৌনা তয়ুন খম্বগী লৈগী মমলনি হায়ত্থনা সনরূপা ফুরিৎস্থ পীবিরে। সনা ক্বাগোকন্নুংদৈ পাম্না খুদপ লৌথোক্লুনা মখোয় মরীমক্তা অমনমস্থ লানবিরে।

মথংদা মজাইবেম্মা থোইবীগী মন্মান ইবেম্মা ইন্দ্রানী থোয়াদা লৈ কৎকে হায়ত্থনা খম্বা চওলক্লে। ইন্দ্রানীনা কৌশিল্লি। খম্বানা নিংথৌদা কৎখিবা লৈ জাৎ মরীমক্তু শুনা ইন্দ্রানীদস্থ কংলি। লৈমা ইন্দ্রানীস্থ য়াম্না হরাওত্থনা খম্বাদা মনা পীগে থল্লে। লমথাং খুল্লক নীংথিবা মুকতোক ইকায়

কায়হন্দনা খম্বগী সমজীল মখোঙদা ফৈজে়ং খংজিল পীখি। পুখমদা মেলৈ হাপ্পা অতুগী মঙালনে লমথাং খুল্লক্কী মঙালনে মঙাল ময়ামতুনা লৈতেংলবা খম্বগী মশক্তু উবদা অউবা খুদিংদো ইপেন পেন্নরে। মথংদা মনাও ইবুংঙো চীংখুবদস্মু লৈ কৎলে। চীংখুবনস্মু মহাকমক্কী মনমদা কুপ্পা পশোৎ নমখাংদো খম্বদা পীখ্রে। থোইবী পোকপী মনা তনপাক লৈমদস্মু লৈ কংলি। মমা ইবেম্মস্মু ফি অমা পীখি। লৈ কৎপা লোইরবদা খম্বগী মপা শক্লবা থোংলেন অমদি নোংবান চাউবা মাগী মাগী ফিদাদা ফম্লরে।

অসোমদা খম্বনা মবাই ফৈরোইজাম্বগা লোয়ননা থুংনা লৈ য়েনখ্রে। লৈমরোন মখৈনস্মু খম্বগী মতৌ য়েংবদা পেনখ্রে নুংঙাইখরে। লৈগা ফিগা সিন্নখরে। মোইরাং নিংথৌগী মনাই মশীং শুনা খম্বনা লৈ য়েনখ্রে। লৈমরোন মখৈনা ফি পীখ্রবদা অঙম্বশিংস্মু নুপীনা হেনখিবা য়াদে হায়বা মতাগুম খম্বদা ফি থাখ্রে। অতুদগীদি খম্বনা নীংঙোল্লোমদা লৈ য়েল্লগে নীংলতুনা থাদোই থোইবীনা ফম্লিবা গায়কৈ অদোমদা চঙলক্রে। থোইবীনা খম্ববু হেক উবদা থুক লাউবা নুংঙনবা অমা পোকই। নুংঙাই ঈথক অমা হৌরকই। মবুংঙোতোনবু করম্বা মওংদা ওকসিগে সনা পুক্লীংদা খল্লক্রে। লৈবাক মমাঙদা পামদবা শাগে নীংখরে। মজাইবেম্মা থোইবীগী মিংস্না থম্বালগা খম্বগী মিংকা হেক চানক্লবা মিকুপ্তা অপামন্নুংশিগী রাফমদি ফোঙদোক্লখ্রবনি। মপান্দদি ফোঙদোক্লখিদে। থোইবীগী লৈ শরুক পীরম্মে। মবেম্মগী ইঙ্গিৎ খঙবী মনাই সেন্নুনা সনা

হৎপা লমথাং ইনফি তরুক পীখি। অস্নুম্না মোইরাংগী লৈমরোল থুংনা লৈ য়েনবা লোইখ্রে। লৈবাক মীয়ামসু মঙাই মশেল, তাউজীং হৈরাং পোৎলাম্নবা লোইনখ্রে।

লৈ লাংবা লোইরবা তুংদা লাইমাঙদা মোইরাং নীংঙোল চনীয়াঙখৈ, মৌ চনীয়াঙখৈ, থোক্তুনা জগোয় শারক্লে। জগোয় খোঙলৈ চানবা পুং সেল য়ৈখৎলে, পেনা খোংবসু খোংগৎলক্লে, তৌদ্রি খোংবসু খোংগংলে। ময়ামগী জগোয় লোইখরে। মথংদা পোপা পোপা জগোয় থোক্লরে। চীংঙ লাইগী নোংদমখোন্দগী নোংবান চাউবনা খম্বগা থোইবীগবু জগোয় থোকহনগে খল্লদনা মোইরাং নিংথৌ সনাচরন্দা হঙ্গংলে। মোইরাং নিংথৌনসু হরাউ হরাউ য়াবিরক্লে। মনাও ইবুংঙোনসু য়ারে। মক্কান ইবেন্মা অমসুং থোইবী পোকপী মমাসু য়ারহুনা জগোয় পোংলোই শেৎপা লোইরে। য়েৎকা ওইগা খুজেং অনীদা সনা খুজী শিজিল্লে। সনাগী কিয়াম লিকফাংনা থবাক লমঙান ওইখরে। সনাগী লৈত্রেংনা কোকনম ওইরে। কোকনম সনা লৈত্রেংদা ব্রাহোং মতু নীংথিনা থেৎলে, চুবা লৈনা নাপ্প ইঙান ঙানখরে। লৈহাউ লৈরেন অপোম্বা মানবী সনাখুৎ মচা তরামক্তা সনা খুদোপ তফা থিনবনা ইলং লংই।

অস্নুম্না লাইগী জগোয় শাবীমক্লা তমজনীংঙাই ওইবা মওংদা ফিজেৎ লৈতেংহুনা মজা ইবেন্মা থোইবীদো মনাই সেন্নুনা মাঙদা থা মমা তরামাথোইনা য়োমহুনা থাংজীং লাইগী

লাইমাণ্ডদা জগোয় শাবা থোরক্লে। খম্বসু মপা পুরেনবগী মতাউ থোংলেনগা. মবাই কৈরোইজাম্বাগা অনী চণ্ডহুনা পোংলোই শেৎপিবা লোইরে। থাংজীং লাইগী লাইমাণ্ডদা থোরক্লে। খম্বানা য়েংতা লেপ্লে। থোইবীনা ওইরোমদা লেপ্লে। অনী অতু উবদা খাগেম্বগী কৈমাণ্ডদা, ময়াংঙম্বগী কৈনীংদা থবী অনী পোকপগুম, মুমিৎ অনী থোকপগুম নীংথি হায়তুনা লৈবাক্লা ণাঙনৈ।

মোইরাং নিংথৌসু অনী অতু উবদা ইপেল পেল্লে। মচাগী জগোয় শাবদা থোঙলে তাম্থা চানবা পূং য়েবা তরেং, সেন য়েবা মরী, শেনবুং য়েবা মরী, পেনা থোংবা তরামাথোই য়াওহন্নবা সনায়াথং তাকপীরক্লে। থোইবীগা খম্বগা শগোয় শাখ্রে। মতু উবদা কোংয়াম্বদি থোইরাঙবনা লৈবা য়াদ্রে। ফিদাদা ফমলম্বদগী ফম্বা য়ারক্রহুনা অমুক হোগং অমুক ফমথ তৌতুনা লৈরে। মপূক্লীং অদো ইরাঙ লাণ্ডলে তৌফম থঙদ্রে। মোইরাং লৈবাক অপুম্বা খম্বা থোইবীগী জগোয় অদো য়েংবদা মমিৎ ইকুপ কুপ্পদরে। ওম্না ময়া ইকা কানরে। জগোয় অদো মুংঙাইবনা লাই য়াওখ্রে। মুমিদাংরাইরমগী মুংশিংনা লাই য়াওবগুম কন্না শিকৎলক্লে। মুংশিংনা হুমখিহুনা খম্বগী নীংথম সনজিগী তাথরকপা চরৈ মতোল অহুনা থোইবীগী খোরী পক্লা থোল্লিবা লিক্তা পল্লুরে। মতু উবদা পূম্নমক রা লাউনখ্রে। লাইবৌ খুৎকোই লোইখরে। মোইরাং নিংথৌসু সনাশঙ্গায়দা থোঙলেণ্ডখ্রে। লৈবাক অপুম্বসু ময়ুম ময়ুমদা লোইনা হন্নখ্রে।

মথংগী মুমিংতা চীংখুবনা চিংডুনা মোইরাংগী অঙম্বা পূম্বা কংলাদা তিল্লে। খম্বা অমসুং কোংয়াম্বা অনীমকসু থুংওরে। কোংয়াম্ববু খুনথাগী লমজেন চ্যোনবা মুক্না শান্নবগী মকোক হাপলে। মাগী পানাদা য়াওননবা নীপা তরামঙা অমসু খনগংলে। খুনথক্কীনা খম্বাবু মুক্নাগী মকোক লমজেল চ্যোনবগী মকোক হাপলে। মাগী পানাদা য়াওননবা নীপা তরা-মঙাসু খনগতুনা হাপলে। থাঙ্গারাকপনচিংবা নীপা মঙা অমবু লমজেনগী লমথানবা হাপলে। চেনগদবা লমদি ক্বাক্তা লমহৌবুংদগীনি। লমজেল চ্যোন্নগদবা মুমিংতি হয়েংনি হায়না লেপ্লবে। মোইরাং নিংথৌনসু য়ারে হায়না সনা য়াথং তাকপীরে। নিংথৌগী সনা য়াথং ফংলডুনা লৈবাক্কী অঙম্বা পূম্নমকসু ময়ুম ময়ুমদা কুম্নখ্রে।

কোংয়াম্বনা খম্বগা লমজেন চ্যোনমিন্নরবদি মহাকপু হেনখিবা তারে হায়না চিংনরডুনা খম্ববু লমজেন য়াওহন্দনবা কন্না হোৎনরগে মপূক মন্নুংদা চপ য়ুংনা খল্লে। খম্ববু লম্বীদা থৎননবা পুখম তরা পীডুনা শগোল তোংবা নীপা তরা নেল্লে। কোংয়াম্বনা খম্ববু লমজেন চেলহন্দনবা ব্রাচৎপা য়াবমথৈ ব্রাচংলে, ব্রানোম্বা য়াবমথৈ ব্রানোম্লে। কোংয়াম্বগী মনাই অয়াম্বসু কোংয়াম্বগী ফত্তবা থবক্তুদা তেংবাংগে য়াখি।

## ( ৩ )

# লমজেন

লমজেন নুমিৎনি। লমজেন চ্যোনগদবা নীপা কুনথ্রা অত্থু চাঙন চানরত্থুনা কোংয়াম্বনা চিংত্থুনা কাররক্লে। লমথাবা মঙাগকস্থু কার্রক্লে। মতম অত্থুদা খম্বদি য়োরক্ত্রি। ময়াম্না খম্বা লাক্লে হায়না ঙাইনৈ।

অসোমদা মজাইবেম্মা থাদোই থোইবীস্থু খম্বনা লমজেন চ্যোনগদৌরি হায়বা তারত্থুনা লমজেন চ্যোনবদা শেংনবা খেরো ফৈজোম অমা, পানা খুদপ, চুঙৌ তাংকক অসিনচিংবা পুরত্থুনা মনাই সেন্নুনা মাঙদা থা মবেম্মা থোইবীনা তুংদা চৎলত্থুনা খম্বগী ময়ুমদা থুংঙরে। খম্বা খেরো ফৈজোম হোংলে, নীংথম শেংলে, শমজিনস্থু চিল্লে। থোইবীনা পুরকপা পানা খুদপ চারে। মচেম খমনুবু খুরুমলে। অত্থুদৈ লমজেন চ্যোন্নবগীদমক কাররক্লে। কোংয়াম্বনা ঙাইরিবা মফম অত্থুদা থুংঙরে। খম্ববু উবদা কোংয়াম্বনা হায়, ' ইতাও নঙদি

তাদবোইনা। নঙদি লাঙ্গৈরবা মচানি লমজানি লমজেন চ্যেনফরোই হায়রুনা সনায়াখং লাউথোকখ্রবনি। কৈদৌহুনা কারকইবনো? তরা মমাঙদা ইকাইদরা?"

খম্বা খুম্মী "ঐঙোন্দদি লমজেন চ্যেনফরোই হায়রুনা কনানস্সু হায়দোক্লবা লৈতে। অহুনা কারকপনিনা"।

কোংয়াম্বনা "নঙনা থাজদ্রগা নঙগী পানাগী মীশিংদস্সু হংজৌ" হায়রকই।

খম্বনা মপূরুীংদা ব্রাকম অসি ময়ামদা হংনীংদরে। কোংয়াম্বনা হায়রিবহু মহাক্লা থাজবা ঙমদ্রে। ময়ামহুগী ফিজেং চাকচা মায়থোঙ উবদস্সু থাজদ্রে। খম্বা হংদ্রে তুমিন্না লৈথোক্লে।

অহুদগী কোংয়াম্বনা য়াম্না উশিংত্তনা হায়রকই, "সনায়াখং চ্যেলহল্লরোই নঙনা চংকদবা লম্বীবু কদায়দনো?"

খম্বনা খুম্মী "ঐনা চ্যেনগদবা লম্বীদি ঙাংখ লমজাও অসীনি। নঙ কৈদৌগগে?"

কোংয়াম্বনা "লম্বী অসিবু নপা ইকু পুরেনবনা থোল্লম্বা লমজাওরা?" হায়না হংলকই।

কোংয়াম্বগী ব্রাহু তাবদা খম্বা শাওখিবনা মৈ থোক্লে। করিগী মীগী মপা তরাই তরাই পনবগে হায়রুনা খম্বদো

কোংয়াম্বা তম্না চোংশিনখরে। কোংয়াম্ববু ওই ওইনা থাঙ্গৎলে অত্তুগা য়েং ংইনা ওক্তুনা উফুল মরক্তা থাদরে। খম্বা নোংবান য়ৈনরে হায়ত্তুনা মীয়াম্না চঙশিন্দুনা খাম্মী।

কোংয়াম্বনে, কোংয়াম্বনা শেল পীজরবা মীয়ামত্তুনে মখেয় পূম্নমকনা সনায়াথং লাউথোকখ্রবনি লমজেন য়াওবা য়ারোই হায়ত্তুনা খম্ববু থম্বীরমলে। খম্বা ব্রাদি ঙাংথোক্তে লাব চৈদা হায়ত্তুনা মরু লুক্তুনা লেপতুনা লৈহৌই। খম্বগী মকু নোংবান চাউবস্তু মম্মাক্কীদমক্তি হায়ত্তুনা মনাই নীপা তরামঙা লোয়নরত্তুনা কাখৎলকলে। মম্মাক খম্বগা থেংনরে। কোংয়াম্বনা সনা-য়াথংনি মহাকপুদি লমজেন য়াওফরোই হায়ত্তুনা থনম্লে। ব্রাফমত্তু খম্বনা মকুদা তম্লে। অত্তুদগী চাউবা নোংথোনবানা খম্ববু পুরত্তুনা মোইরাং নিংথৌগী মফমদা লাক্লে।

চাউবা নোংথোনববু উবদা মোইরাং নিংথৌনা করি করম্বা অথ্‌বা থবক লৈরত্তুনা লাকপনো হায়ত্তুনা হংঙি।

নোংবান চাউবনা "খম্ববু লমজেন চেনফরোই হায়ত্তুনা থিংলম্লগা কোংয়াম্বনা লমকুমখরে সনা য়াথংনি হায়রিবসিবু অচুম্বরা?" হায়ত্তুনা হঙ্গৎলি।

হায়খিবা লৈতে হায়ত্তুনা খম্ববুস্তু সনায়াথং চেলহল্লু হায়না নিংথৌনা তাকপীরে। সনায়াথং অত্তু ফংলবদা মকু নোংবান চাউবগা খম্বাগা অনীদো থোকলক্লে। মকু মম্মাক

থোরকপদা কংলা সনাথোঙদা নোংবান ফৈরোইজাম্বনা শগোল তো তুনা কারকপগা ওক্লয়ে। ফৈরোইজাম্ববু উবদা মপা নোংবান চাউবনা মপারীবু মশেন ঙাক শেল্লু চংলু ক্লাক্তা তান্না কুম্মিন্নৌ। মোইরাং লমজেন চ্যেন্নবদা খম্ববু মীনা লাকচহনগনু হায়না তাকপীরে। পন্থৌ য়াথং ঙাক্লা মশেন মবায় কুমলক্লে। লম্বীদা থোংলেন অঙম্বা থেংনরে। অনীনা থোংলেনবু খুক্রুম্নগা কুমথরক্লে। থোংলেনগা নোংবান চাউবগা অনীদি কংলাদা কাখ্রে। মবাই ফৈরোইজাম্বাগা মশেন খম্বগদি তাউথোংলোমদা মীয়াম্না কুমখিবা লম্বী অতু ইন্দুনা কুমলকলে। কোংয়াম্বগা লোয়নতুনা কুমখিবা মীয়াম অতুদি ক্লাক্তা লমহৌবুঙ য়ৌথরে।

মানা মানা পুরকপা হে লৈ চাতুনা চিন্দুনা লোইরে। লাইগী লংলা মকোক্তা থেংপা লোইরে। থাঙ্গারাকপনচিংবা মঙা অমনা লৈয়্যি অমা ফৈনা চিংলে। লমজেন চ্যেনগদবা মুপ ৩০ মক অতু খুরুখুদক কুলহল্লে। কোংয়াম্বদি লম ১৫ থাম্না খাইগী মতুংদা খুকউ-খুদক কুলহল্লে। খম্বগা মবাই ফৈরোইজাম্বাগানা মীয়াম্না লমহৌগদৌরিবা অতু থাপনা উরে। ফৈরোইজাম্বনা সনায়াথং পাউ লাকই লমজেন চ্যেনফখিরোই হায়তুনা অরাপ্পদগী লাউরক্লে।

মতু তাবদা কোংয়াম্বনা থীংল্ল লম থারো হায়তুনা লাউই। কোংয়াম্বনা লাউরকপতু তাবদা লমথাগে হায়তুনা ঙাইরিবা থাঙ্গারাকপানা স্যাঃ হায়না লাউরতুনা লমথারে। কোংয়াম্বনচিংবা য়াওরিবা অপুম্বতু হৌতুনা চ্যেন্নখ্রে।

মশেন মবাইনা কুম্মলকপত্থদা লমজেন চেয়্লকলিবা ময়ামত্থগা ওক্করে। কোংয়াম্বনা খ্বাইদগী মাঙ থানা য়াঙনা চেয়্লকই। থম্ববু উবদা কোংয়াম্বনা "ইতাউ নঙস্থ কুম্মল্লবরা?" হায়না হংঙি। থম্বস্থ সনায়াথং চেয়্ল হায়ত্থনা কুম্মকপনি থুম্মী। কোংয়াম্বস্থ ফৈ ফৈ হায়রম্লগা অত্থম চেনখ্রে। "নঙ চেনখৎলম্লো ঐহাক তানখৎলক্কে" হায়ত্থনা থম্বনা লমহৌপুঙ তাম্না কুমথরক্লে। থম্বনা লমথাপূঙ য়ৌরকপা মতমদা লমথাবা নীপা মঙাত্থ লৈরম্মী। থম্বগী লমহৌ-ফমদি কোংয়াম্বনা লমহৌখিবা মফম অত্থদগী লম ১৫ কোল্লি অত্থগা মীয়াম্না হৌফমদগীদি লম ৩০ কোল্লি। থম্বনা মখোঙনা চেয়্লগা মবাইনা শগোলনা ইনগদৌরিবনি। কোংয়াম্বনা চেনখিবগা থম্বনা চেনগদৌরিবা অসিগা মতমদি পুংজাদা পুং অমা মথায়রোম খেন্নরে।

অত্থদগীদি থম্বত্থ লাই থুরুমলে। থাঙ্গারাকপা লম থারে। মশেন মবাই হওত্থনা চেয়্লক্লে। মশেন মবাই অমনা শগোলনা অমনা মখোঙনা কোংয়াম্ববু ফংনবা তালখৎলকই। লম থাবা মঙা অত্থস্থ মখোয়গী মতুং ইম্না কাখৎলকই। থম্বাল স্থংশারৌ হায়বা মফমত্থ য়ৌরকপদা নীপা ১৫ থেংনৈ। মখোয় ১৫ অত্থনা থম্ববু থৎকে তৌই। মবাই নোংবান ফৈরোইজাম্বনা শগোল শাজ্জৈ থাত্থনা মশেন মবাই চোংশিল্লি। থম্বদি মীয়াম মরক্তা চোংশিনখ্রে। ফৈরোইজাম্বদি মাগী শগোলগী পূকলী তেংখন নাম্থোক্লনা তাহৌরে। শগোলস্থ কাক্তারোমদা চেনখরে। থম্বদি মপাঙ্গল মথৌনাদা লাম্বা লৈতবনিনা মীয়ামত্থ ইনথু কাওথুরমত্থনা চেনখৎখরে।

খরা চৎলগা নীপা ১০ অমা অমুক্তস্থু থৎলম্লে। নীপা ১০ অতুনা খম্বদা “নঙনা নীপা থোক্লবদি চঙশিল্লকউ” হায়রকই। ব্রাহয়শিংতু তাবদা খম্বা চপ লেপ্পী। নীপা ১০ অতুনা খম্ববু তনফা ফাই। অতুদগীদি খম্বতু মখোঙ লৈদা থীন, থবাক লুরক ফন্দোক, ঙকশম তোংদম তিং. কদম তৌতুনা লেপ ফিবুল লোকপা হূইগুম্লে। নীপা ১০ অতু খম্বনা তাপ তাপ লাক্তুনা লংথোক্লে। মখোয় ১০ মক প্রুক্লপ্রাক তাতুনা তুংহৌরে। খম্বা মফে ফৈগল য়ৈতুনা চ্যেনখ্রে। খম্বনা কোংয়াম্বাবু ফংগদবা খজিক্তা ঙাইশিল্লক্লে। কোংয়াম্বা তাউথোং খুনয়া য়োরক্লে। মহাক্লা মফম অতুদা শগোল তোংবা নীপা তরাখক অমস্থু খম্বনা লমজেন চ্যেনখৎলকপদা থৎতুনা ফাও হায়তুনা নেক্লম্মী। ফাবদা নত্তনা খম্ববু স্থুপয়ৌ য়োহল্লকনু। পুখম য়ামদে হায়রবস্থু অমুক হাপকৎলকখিনি হায়রম্লগা কোংয়াম্বা চ্যেনখৎখরে। শগোল তোংবা তরা অতুনা খম্ববু হেক উবদা থৎতুনা কোয়শিল্লি। অসোমদা মোইরাং নিংথৌ-নচিংবা কেগে লৈবাক মীয়াম্নদি লমজেন থুংলরগনি হায়তুনা কংলাদা ঙাইতুনা লৈরে।

থোইবীস্থু মনাই সেম্নুগা খম্বা মচেম খমন্নুগা লোয়নতুনা মোইরাং অউল কৈথেন্দা য়েংগনি হায়তুনা ঙাইতুনা লৈরে। মতম অসিমক্তদা খম্ববু শগোল্ল তোংবা নীপা তরানা তাউথোংগী খুনয়াদা ফাতুনা থম্লে হায়বসি নোংবান চাউবগী মনাই মুরারিনা নোংবান চাউবদা তম্লরে। পাউসি তারবদা নোংবান চাউবনা নিংথৌ সনা খুয়াখাদা ব্রারম পুম্নমক হঙ্গৎলে। নিংথৌ

সনা ৱাখল ওহাক ত্তোরগা করিগুম্বা নিংঙাই শংদানবদগী মুংঙাইনদফুনা য়েনা শুনদুনা লৈবস্থ খঙদে হায়দুনা নোংবান চাউববু য়েংলু হায়দুনা থারম্মী। চাউবদো সনা য়াথং ফংলদুনা শগোল তোংদুনা তাওথোং খুনয়া তমখ্রে।

নোংবান চাউবনা অস্থম শগোল থোরকপনা মোইরাং অউল কৈথেল য়োরক্লে। মজাইবেম্মা থোইবীগা মনাই সেন্নুগা অনীনা লমজেন য়েংগদবগী ঙাইদুনা লৈরিবা অদুগা থেংনরে। চাউববু উবদা থোইবীনা ইপু কৈদা লেঙগদৌরিবনো হায়না চিঙ্গোই পাউহংলকই। চাউবস্থ লমজেন থোগংপা চংলিবনি সনাহল হায়না খুম্মী। খম্বগীদমক হায়দুনা চেৎনা লুনা লারুবাক্তা য়োমদুনা পুরকপা পান্ন খুদপ, চুঙৌ তাংকরুচিংবদু মপু নোংবান চাউবদা পীখো হায়দুনা মনাই সেন্নু কৌদুনা সনায়াথং তাকপীখি। সেন্নুনা অমুক পোৎ পীবা মতমদা চাউবদা পাউমেল্লম্মী মচেম থমন্নুনা পীরকপনি অস্থুম্না। অদুবু চাউবা নোংথোনবদি মীশিংনিনা থুনা মপুক্লীংদা খঙখি থোইবীগী খুদোলনি হায়না।

থিন্দনা নোংবান চাউবদু খম্ববু ফারিবা মফম অদু য়োরক্লে। শগোল তোংবা নীপা তরানা খম্ববু ফাদুনা থম্লম্বা অদু উরবদা মমাক অদোন খম্ববু ফারিবা কনানো হায়দুনা কন্না লাউরম্মী। চাউবগী খোল্লাউ তাবদা অমদি নোংবান চাউবা লাক্লে তাবদা শগোল তোংবা নীপা তরাদো কিবনা থক থক নীক কায়দুনা চেনখ্রে। খম্বগা চাউবগা মফু

মমাক উনরবদা চাউবনা খম্ববু ফারম্বা নীপাশিংদা কনা কনানো হংঙি। খম্বনা মহাক্কি অমতা মশক খগুদে হায়না খুম্মী। অতুদগী চাউবনা ওসাই থোইবীনা পীরকপা পোংতপ লারুবাক অতু মচেম খমগুনা পীরকপনি হায়তুনা খম্বদা পীরে। অচা অথক পুম্নমক্তু পুথোক্তুনা চারে। খম্বা পাঙ্গল থোইনা কনখৎলক্রে। কোংয়াম্বা ফংননবা তানখৎলকউ কন্না চোনখৎলকউ হায়রম্লগা চাউবদি অশম্বা লমবেললোমদা কাখৎলক্রে।

মবুংঙোতোনগী ব্রা তানীংবনা নোঙ্গৌবিনা লাইজ ঈখৌ লাংবগুম্না খোরাংনা অউন কৈথেলদা লৈজরিবী থোইবীনা চাউববু উরে। মপুনা পাউদম্বা ঙাইঙমদা থোইবীনা হংঙি "ইপু লমজেন কনানা থোইগ্রবগে?" চাউবনা ব্রাদি ঙাংঙমদনা খুবাক খুনম ওম্থোক্তুনা খুদোনবীনা থিলম্লগা চাউবা চংখ্রে। চাউবগী পাউখুম অতুনা করি তাকলিবনো হায়বতুগী মরমদা থোইবীনা খল্লকই। হান্না কুমখিবা কোংয়াম্বনা থোইররোই। কোম্না কুমখিবা খম্বানা লমজেন থোইরগনি হায়বা ওইরম্বা তারে পুক্লীংদা নীংখি। মপুক্লীংগী ব্রাতু খমম্ভু সেম্ভু অনীদা তম্মী। মখোয় অনীম্ভু থোইবীনা নীংলিবা অতুনা চুম্লনি হায়রে। মপু চাউবনা থাংজীং লাইদা খুদোনবী থিলম্বা অতুনদি লাইদা ফি কৎলু হায়রিবনি খন্নরে। মখোয় মখোম্লনা ইল্লিবা ফিতু লাইদা কৎলে। খম্বনা লমজেন থোইরগনি খনবদা অতুমক হুয়াংজরে মোমোন নোকচরে। নোংবান চাউবনা মোইরাং মিংথোদা লমজেন য়ৌরক্রে হায়তুনা হঙ্গৎলে।

অসোমদদি কমদৌরি খম্বনা খজিক্কুং চ্যেনখৎলকপদা কোংয়াম্ববু উরে। খম্বনা কন্না চ্যেল্ল মহাকস্ যৌরক্লে হায়না কন্না লাউরকলে। খম্বগী খোঞ্জেল হেক তাবদা কোংয়াম্বা শ্বাই লাওই খনখি ওম্বোক্না কনখ্রেদা থিংওেল মথাং অনী থোক্না থিংহল্লম্ববু কনখ্রবোইদা খম্বা মাগী পাঙ্গলসে। খম্বনা কোংয়াম্বা তানবা ফংলে। শগোল পূকলি ভৎতুনা লৈহোৎবা খম্বগী মবাই কৈরোইজাম্বা অতম্মু খম্বা কোংয়াম্বা অনীবু শগোল তোংতুনা তাল্লকপদো ফংলে। মখোয় অহুমক ঙাংখ লমদাং ইন্না চ্যেনখৎলকই।

কুমহৈ য়েংলম্বা পুম্নমক লমজেন লাক্লে লাক্লে হায়তুনা ব্না ব্না লাউনরকই। খম্বা চ্যেনখৎলু কোংয়াম্বা চ্যেনখৎলু হায়তুনা মাগী মাগী কাঙবুনা থৌগৎনরকপগী খোঞ্জেলনা পুমনিননিনখ্রে। মোইরাং অউন কৈথেলদা কুমহৈ য়েংলিবী মজাইবেম্মা থোইবীদো মীনিন তাবদা তুমিন্না লৈথোকপা ঙমগক্করে। চিন থোক্না লাউরক্লে "—ইপা ইবুংঙোগী পানা পাম্বোম ওইরিবা তম্বা পাখং কন্না চ্যেল্ল"। থোইবীগী য়াৱা খোঞ্জেল তাবদা খম্বাদো হন্নাওখি, মপুন্নীং হুংঙাইখি, নৌনা পাঙ্গল হাপকৎখি।

খম্বনা কোংয়াম্ববু পাম্বোম্না থোক ইনথোক্লম্লগা চ্যেনখৎ-খরে। খম্বনা কোংয়াম্বদগী হেনগৎখ্রে হায়বসে নিংথৌনচিংবা মোইরাং অপুম্বনা উরে। কোংয়াম্বগী মপা থাঙ্রাকপনচিংতুনা অঙোম শাগৈ হওত্নগা হোঃ নোংবান কন্না চ্যেল্ল তানখৎলু

হায়দুনা লাউনরক্রে। মতু তাবদগী কোংয়াম্বনা চ্যেনখৎতুনা খম্ববু তানবা ফংদে। মখোয় অনী চপ মান্নবা চ্যেনমিন্নরে।

অদুদগীদি অমুক চীংখুনা ব্রাঙ্গোন নিংথৌ, অমদি খম্বগী মপা ইবুংঙো পুরেনবগী মতাও থোংলেন, নোংবান চাউবনচিংবা ময়াম্না অমুক লাউরক্রে "হোয় খম্বা ঙসিগী লৈসাঃ অসি নঙ পায়রো"।

মতু তাবদা খম্বনা "মোইরাং নিংথৌগী মনাইদে মনাও ইবুংঙো চীংখুবগী পানাদে, ইমা ঙাংখ লৈমনা পোকপদে, ইপা পুরেনবা অঙম্বগী মচাদে।" হায়দুনা লাউরম্লগা কৈবোম য়ৈদুনা খম্বনা চ্যেনখংখিদুনা কোংয়াম্ববু লম তরা থোইখ্রে। খম্বনা খুদুপ তরেৎ ব্রাংনা চোংখৎতুনা লৈসা মচিল থোকখ্রে। লমজেল খম্বনা থোইরে হায়দুনা মনাও ইবুংঙো চীংখুবগী পানা ব্রা ব্রা লাউনখ্রে।

অদুগী তুংদা অমুক নিংথৌনা খম্বগা কোংয়াম্বগা মুক্না শানৌ হায়না সনায়াথং তাকপীখ্রে। সনা য়াথং ফংলবদা কোংয়াম্বা খম্বা অনী মুক্না শান্নে। খম্বনা মুক্না থাখরে। মাঙজোং অমুক তান্নহল্লে খম্বনা থোইখরে। শূক হুন্নরে, নুং লংনরে। তান্নবা পূম্নমক্না খম্বানা ইথোই থোইখরে। মতু উবদা মোইরাং নিংথৌনা পেনখ্রদুনা সনানাক্না কৌশিল্লি। খম্বদা পোনদোন অমা, থুম পোন মামা, লৌ পরি ১৫ নিংথৌনা থোল্লিবা সনা নমথাং অমা মনা ওইনা পীনবিরে।

চীংথুবনচিংবা মাগী পানাগী মী মখৈনা ফি নম্বো নম্বো খম্বদা পীখ্রে। মীনাই অনিগী মমলস্মু পীরে। খম্বদো মপূক্লীংদা ঙমখৈ লৈতনা হরাওখ্রে। কুমহৈদো লোইরত্না মোইরাং নিংথৌ সনাকোন্নুংদা লেঙখ্রে। লৈবাক প্রজা অপূম্বস্মু ময়ুম ময়ুমদা হন্নখ্রে।

অমারোমদা কোংয়াম্বদি কমদৌরি? মায়থীরবদা মহাক লৈফম চাফম খঙখিদরে। হীরম খুদিংমক্তা, তৌরু তৌরুবা খুদিংদা খম্বনা লাকচখিবসিদি শিবনা হেন্না ফরে। অতু অদা খঙদে খম্বা অসিদা মখরাই হেক লৌথোক্লগা লোইরে অস্মুম্না মপূক্লীংদা খল্লত্না ময়ুনদা কুম্লক্লে। মহাক্না থাংজীং লাইনা লাই অশেংবমক্তা ওইরবদি মতাও খম্ববু শিহনবিরো হায়না খুরুমখি। অতুদগীদি কোংয়াম্বসি লাই নীংলগে হায়না লেপখ্রে। ইমুংগী অরাংথংবা কা মতুপ অমা খাজিল্লে। মুপী অহন্না করিগীদমক খাজিল্লিবনো হায়ত্না হংঙি। থাংজীং লাইগা উনগে হায়ত্না খাজিল্লিবনি হায়না কোংয়াম্বনা খুম্মী। মতু তাবদা মাগী মুপী অহনত্না তৌরুগানু মীগা লাইগা উনবা য়াবা হৌনদে মীনা অঙাওবনি হায়থিনি হায়না য়াম্না কন্না থামজে। মুপীগী মশিন মস্তে ভুমিন লৈয়ু হায়না চৈহৎখি। কোংয়াম্বা ফি অশেংবা শেৎখ্রে, চাক তোঙান্না চাখ্রে. খম্বমক্তা হাৎলগে নীংগ্রত্না খাবী নত্তনা লাইথুম চঙখ্রে অমাই নত্তনা লাইবাও চেনগে লেপখ্রে। খম্বনদি লান্দবনিনা থাংজীং লাইনা কোংয়াম্ববু কুবিদ্রে। কোংয়াম্বগী মমঙদা লাইনা সোরি পারি পংউ উহল্লে। অমুক লাই নীংত্না কান্নদরে

হায়বত্থু খঙলে। করি করম তৌরগা খম্ববু হাৎকদগে খনকম খঙখিদরে।

মথংগী নুমিৎতা কোংয়াম্বগী মচল খুমন্দা ওংবী অত্থু লাকই। মচলবু কৈদৌবা লাকপনা হায়না কোংয়াম্বনা হংত্তি। খুমল লমগী ইকোপ্পা শল অঙাওবা অমা লৈরে। শল অত্থু মী মখোল তাবা য়াদে। রাইগে হায়ত্থুনা মী পূম্নমক পংতান্দা তানৈ। অত্থুনা য়েল্লাং কেঙোই অমত্তা হেক্কুনা চাবা ফদরে। মোইরাংদগী ঙা চাক খরা লৈখিগে হায়ত্থুনা লাকপনি হায়ত্থুনা মচলনা খুম্মী।

মত্থু তাবদা কো য়াম্বা হরাওরে। খম্বা হাংননবা মরম অমা লৈরে খনখরে। শল অসিগী মখুবাক্তা মতাও খম্বগী মথক্লাই মাঙহন্নবা হোৎনরগে লেপখ্রে। কোংয়াম্বা মাইবী চঙশিন্নরগা লাই তোংশিন্নত্থুনা মোইরাং নিংথৌগী মফম লাংদা শল অসি খম্ববু ফাহন্নবা লাইফাওরগে নীংলত্থুনা নোংঙাল্লকপদা কোংয়াম্বা নিংথৌ সনা মাওদা থুংলরে। ইকোপ্পা লৈরিবা শল অসি ফাত্থুনা মবুথৌ থাংজীং লাইদা কৎলো। করিগুম্বা শল অসি কৎত্রবদি নিংথৌ পুন্সী তেল্লগনি অওম্বা মফম তাগনি। অত্থুগা শল অসিবু ফাত্থুনা কৎপা ওয়্লগদি নিংথৌ পুন্সীগনি, লৈবাক মীয়াম নুংঙাইগনি চাকহোও ঙাহোওগনি।

রাফমসি তাবদা নিংথৌনা রাখল ওহাক তৌরগা অঙাওবা শল অত্থুবু কনানা ফাহনগদগে হায়না সনায়াথং হংলকই।

নোংবান কোংয়াম্বনা থাংজীং লাইগী লাইপাউ তুং ইম্নবদি শল অসি খুমন খম্বা নত্তনা কনানস্থু ফাবা ওয়োই হায়না হঙ্গংলে। অত্থুদগী কোংয়াম্বনা খম্বা মশামক্কী ওইনা ব্লাফম অমস্থু হঙ্গংলম্মী মত্থুদি খম্বসি মমা ঙাংখলৈমানা পোকপনি, মপা অঙম্বগী মচানি। মহাক লাঈরমল্লে অত্থুনা ইকোপতা লৈরিবা কাও, তোর্ব্বুংদা লৈরিবা কৈ অসি অমুক্তা ফাজগে নিংথৌ সনা খুয়াখাদা অমুক্তা হঙ্গংপীয়ু হায়ত্থুনা পুখম ৫ পীত্থুনা কোংয়াম্বদা খম্বনা হায়জরম্মী অস্থুম্না।

কোংয়াম্বগী ব্লাত্থু তারবদা নিংথৌনা লাইগী মরা খঙবস্থু কোংয়াম্বগী মতাও খম্বগী অপাম্বা খঙবস্থু কোংয়াম্বনি অত্থুনা কংলা য়্যাইবুঙ থীনত্থুনা অঙম্বা ময়াম কৌখৎলো হায়ত্থুনা কোংয়াম্বদা সনায়্যাথং তাকপীরকই। কোংয়াম্বনা খম্ববুত্তা হান্না সনায়্যাথং কৌখৎসি হায়না হঙ্গংলি। নিংথৌনস্থু য়্যাবিরত্থুনা খম্ববু কৌখৎহনখ্রে। খম্বনা সনা কোম্নং হেক য়োৈরকপগা কোংয়াম্বনা সনামাঙদা লৈরম্বত্থু উখি। মপুকচেল ফত্তবা মরৈ চাউবা কোংয়াম্বনি। রা অমা শোয়দনা থোক্লমগনি মপূক্লীংদা চিংনৈ।

খম্বনা সনামাঙদা য়োৈরক্লত্থুনা খুরুদক লৈতানা নিংথৌদা খুরুমজে। খম্ববু উরবদা নিংথৌনা সনায়্যাথং হংবিরকই "ইকোপতা লৈরিবা শল অঙাওবসি ফাজগে হায়ত্থুনা পুখম্ মঙা পীত্থুনা কোংয়াম্বদা ব্লাথংঙি হায়বসি চুম্বরা?"

খম্বদি খঙজদবা কৌবনিনা থোইদোকপা কোংয়াম্বগী মফমদা ব্লাচৎচবা লৈখিদে খঙজদে হায়না থুমদোরক্লে।

কোংয়াম্বনা হায়খি হায়রে খম্বনা হাম্নদে হায়রে। অস্তুম্না মখোয় অনীদো কম্না খংনরক্লে। খম্বনা কোংয়াম্বদা ব্না থংবত্থু কনা কনা তাহৌবগে হংলকপদস্থু কোংয়াম্বনা তাহৌবা মী অমতা পুথোকপা ঙমদ্রে। খম্বনা মশা মউ ফবা মপাঙ্গল কনবা অত্থুদা কাও ফাগে হায় হায়বনচিংবা কোংয়াম্বনা খম্ববু কললুনা পংহায় হায়জিনবা ওইরমাল্লে হায়না নিংথৌনা হায়রে। মখোয় অনীনা হায় হায়দেগী খংনবা অত্থু থামজিল্লে। থাংজৌং লাইনা পাম্মী হায়বা কাও অসিবু ফাত্থুনা লাইদা কংপা ঙমগদরা হায়ত্থুনা নিংথৌ সনায়াথং খম্বদা হংবিরক্লে। অনীরক হংবা ফাওবদা খম্বনা ঙমজরোই হায়না খুম্লে। অহুমলক শুবদদি খম্বা মপূক্নীংদা ব্রাথল অমা পোক্লক্লে। ঙমজরোই হায়ত্থুনা য়াদ্রবদি মপা পুরেনবগী মচানি হায়বদা চোপনীংঙাইনি ইকায়নীংঙাইনি হায়না খল্লত্থুনা কাও অত্থু ফারগে হায়না খম্বানা য়ারে।

খম্বনা ফাজরগে হায়না থুমদোরকপা অত্থুদা মোইরাং নিংথৌ হরাওখ্রে। কাওরেন অত্থুগী মথুবাক্তা শোয়দনা খম্বগী মথল্লাই মাঙলগনি খনবদা কোংয়াম্বস্থু হরাওই। কংলা য়াইপুং থীন্দুনা লৈবাক মীয়াম কৌখংলো হায়ত্থুনা নিংথৌ সনা য়াথং পীথোক্লে। সনায়াথং তুংইন্না কংলা য়াইপুং থীল্লে। লৈবাক মীয়াম কৌখংলে। চীংথুবনচিংবা অঙম্বা পুম্নমক কংলাদা কারত্থুনা তিল্লরে। থোংলেনতদি কারক্রে। মোইরাং নিংথৌস্থু কংলাদা লেঙথোক্লে। কংলা পুংজাও থীন্দুনা লৈবাক মীয়াম কৌখংপবু করি অরুবা ব্রাফম লৈবনো হায়ত্থুনা নোংবান চাউবনা ব্না হৌদোরক্লে।

কোংয়াম্বসী মমঙদা থাংজীং লাইনা ইকোপ্পা লৈবা শল অসি ফাত্তুনা লাইদা কংলু হায়ত্তুনা ফারংরে। অত্তুদা কাও অসি খম্ববু ফাহনসি হায়ত্তুনা লৈবাক পাল্লি অঙম্বা লৈ ম্লাফম অসি খন্নসি হায়ত্তুনা কৌখংপনি হায়রে। নিংথৌগী ম্লা তাবদা মোংবান চাউবনা মমাক খম্বসি শলগী মখুবাক্তা শিবা তারে খল্লত্তুনা খম্বগী মপা পুরেনবনা শলগী মমল তোল্লমদে। অত্তুনা কাও অসিবু খম্বা মতোমতা ফাহনবা চুমদে। মীয়াম চঙত্তুনা ফাহনবিয়ু হায়না হঙ্গংলে। লৈবাক্কী অঙম্বা ময়াম্নদি খম্বা মতোমতকু কাও অত্তু ফাহন্নীংদে। ফাগদবা খম্বা মশানদি য়ারে হায়ত্তুনা খুমদোরক্লে। মত্তু তাবদা লৈবাক্কী অঙম্বা পূন্নমক মরু লুকই। পলেম পম্বৌগী মতীক ময়াই মাঙফদে কাও ফাগে হায়ত্তুনা নিংথৌ ম্না খুন্নাখান্দা হঙ্গংচরম্লবনি ফাজগে হায়ত্তুনা খম্বদো মীয়াম মমাঙদা চোংথোকখরে। খম্বনা থৌনা ফনা চোংথোরকপা উবদা নিংথৌনা হরাওমনখিত্তুনা "চুম্মী মমা মপাগী মতীক ময়াই ঙাক্কদবনি নিংথৌ ঐগীস্নু ঙাক্কদোবনি। ইমোম লাংলেন থোইবী অসে ঐগী ইনাওনা পোকপনি। ঐগীস্নু ইচানি। লৈবাক মীয়ামস্নু তাবো, অঙম্বা পুন্নমকস্নু তারো ইমোম থোইবী অসে তয়ুম খম্বদা পীরবনি।" হায়না নিংথৌ ম্নায়াথং লাউথোকখরে। লৈবাক মীয়াম তানরে ম্লা ম্লা নিন্নরে।

অত্তুদগীদি মৌইরাং নিংথৌনা খুমন নিংথৌদস্নু ম্লা অসি খঙতনখিকম থোকই হায়নরকই। অঙম্বা পুন্নমকস্নু চুম্মী পাও অমা পীখিবনা ফৈ হায়নরে। থাঙ্গালাকপনচিংবা

নীপা ১৫ থুমলদা পাউ খঙহনবা চৎখ্রে। মখোয়না য়ৌবা মতমদা থুমলগী কংলাদা থুমলগী অঙম্বা পূন্নমক তিন্দুনা লৈরম্মী। মোইরাং নিংথৌগী পাউ পুত্নুনা থাঙ্গারাকপনচিংবা নীপা ১৫ লাকই তাবদা নিংথৌস্মু কংলাদা লেঙথোরক্লে। মোইরাং নিংথৌনা করি পাউ থারকপগে হায়ত্নুনা থাঙ্গারাকপদা হংলে। থাঙ্গারাকপনা ব্রায়োল পূন্নমক শুগায়না নিংথৌদা হঙ্গৎলে।

থাঙ্গারাকপগী ব্রা অত্নু মুন্না তারগা লৈবাক্তী অঙম্বশিংনা ব্রাফম অসিগী মরমদা করি খনবিবগে হায়ত্নুনা সনা য়াথং হংঙি। থুমলগী অঙম্বা পূন্নমক্তা মোইরাং নিংথৌনা শল পাম্মী হায়বনিনা শলগী মমল লৌফম থোকই হায়না থুম্নক্লে।

মত্নুদা থুমল নিংথৌনা হায়রকই “লাইনা পাম্মী হায়র-বদি মমল লৌদবা চুম্মী।” নিংথৌগী য়াথং অত্নু অঙম্বা পূন্নমকস্মু য়াখ্রে।

কাও ফাফম অসি থুমলগী লম থোকই অত্নুনা কুমহৈ য়েংননবা শগাই শাবিরম্মু হায়না মোইরাং নিংথৌনা হায়জরকই হায়নস্মু থাঙ্গারাকপনা থুমল নিংথৌদা হঙ্গৎলে। থুমল নিংথৌনা কাও ফাফমদা শগাই ৪৫০ শারে।

থাঙ্গারাকপা থুমলদগী হল্লক্লে। মোইরাং নিংথৌদা পাউ পূন্নমক তম্লরে। মোইরাং নিংথৌস্মু হারাওরে। হয়েংদি থুমলগী

ইকোপ্তা কাও ফাগনি হায়না পাউ চেম্থোকউ সনায়াথং তাকপীখ্রে। নীপা মরীনা মায়কৈ মরীদা পাউ চেনখরে। অঙম অথৌ পূন্নমক ময়ুম ময়ুমদা কুম্নখ্রে। চৌংথুবা মনাও ইবুংঙোস্থু কুম্নক্লে। মাগী পানা পাম্বোম ওইরিবা খম্বা শিবা তারে খন্দুনা মথৱাই ৱাখরে। ৱাফমসি লৈমশিংদা তমলম্মী। মহু তাবদা থোইবীদি ৱাবগী পন্দোল লোমখরে। মনাই সেন্নুগা লোয়নরহুনা খম্বগী ময়ুমদা মজাইবেম্মা থোইবী লেঙক্লে। খম্বগা উনহুনা ৱা তানরৈ। হয়েং কাও ফাবা চৎপদা থৌইবীস্থু খম্বগী মতুং ইনগনি হায়রম্নগা হনখ্রে।

মথংগী নোংঙানবদা কংলা য়াইপূং থীন্দুনা অঙম্বা পূন্নমক কৌখংলে। মোইরাং নিংথৌ হিরেনথক্তা লেঙখৎখরে। অঙম্বা পূন্নমকস্থু লোয়নখরে। মনাও ইবুংঙোস্থু চাকহি তোংলে। লৈবাক পূন্নমক লোক্তাক লাল্লক্লে। থাঙ্গচীংনা য়েৎওইনৈ কারাং চীংনা ওয় ওইনৈ, হৈগুম য়াংবী ইল্লক্লে। খুমলগী পানজংপূংদা হি থাংলরে। মোইরাং মীয়ান অপূম্বা কাখৎ-লক্লে। কাও ফাকম য়ৌরে। খুমল নিংথৌস্থু লেঙথোরক্লে। মোইরাংগী অঙম্বা চামা হুমফু তরেৎ. খুমলগী অঙম্বা ২৫০ নিংথৌ অনীনা চিংহুনা শগাই তমহুনা কাখৎখরে। কুমহৈ য়েংবা লাক্লিবা পূন্নমক শগাই কাবা লোইখরে। খম্বা থোরকপা খৌরাংনা ঙাইহুনা লৈনখ্রে।

( ৪ )

# কাও ফাবা

অসোমদা খুমন অদোন খম্বদি করম তৌরি ? কাও ফাবা চৎকদবগী ফিরোই ফিঙাম হোঙ্গৎলে। নীংখম শেৎলে, শমজীন চিল্লে কত্রং থৌরীনা খ্বাংদা কিশি কিরে। মজাইবেম্মা থোইবীস্থু খম্বনা কাও ফাবদা তুং ইনগনি হায়হুনা অচা অথক ময়াম পুহুনা মনাই সেম্বুগা লোয়নহুনা খম্বগী যুমদা থুংলরে। থোইবীনা মপূকচেল অনী লোঙদবা অশেংবমক্তা ওইরবদি খম্বনা লেপ্পমক কাও অহু ফাবা ওইসম্বু হায়হুনা নীংজৈ। মনমা খমম্বুগা থোইবীগদি খম্বগী মায় পাক্লবা লাই নীংগে, খম্ববু পাঙ্গল হাপনবা থৌগৎলুগে খম্বগী তুং ইন্দুনা চৎকে হায়রে। অহুগা মনাই সেম্বুবু মবুংওোতোনগী য়ুম শঙলম্ম্ হায়হুনা থম্বীরম্লে। অহুদগীদি মজাইবেম্মা থোইবীগা খমম্বুগা অনীদি অচা অথক ময়ামহু পুরহুনা খম্বগা লোয়ননা খোঙ শান্দোরক্লে। লোক্তাক খোঙবান য়ৌরহুনা হিথক্তা কাথৎলে। মচন মনীংনা হিয়ায়দা ফম্মী খম্বনা

হিনাও শাই। অস্মুম্না লোক্তাক ঈপাক লাল্লক্লে খুলাক পাৎতা হি থাংলে।

অতুদগী মচন মনীংনা পোৎথানবা উচিন্নাগী চেকয়াদা মুংশা খাংপোক অমা খল্লম্লে। অসোমদদি খুমন মোইরাং অনীনা কাও ফাগনি হায়বা খম্বা লাক্তরে হায়তুনা খম্বনা লাক্কদবা মায়কৈদা মমিং কুপনদনা য়েংতুনা লৈনখ্রে। খম্বনা মচেন খমনুগা মজাইবেম্মা থোইবীগা অনীমকপু থনম্লগা লৈবাক মীয়াম তিল্লিবা মায়কৈ অদোমদা চঙশিল্লক্লে। খম্ববু উবদা লৈবাক্না লাক্লে লাক্লে হায়না হেক হায়নৈ। খম্বনা খুমল নিংথৌগী শগাই মখোঙদা চঙশিনখরে।

খুমল নিংথৌনা খম্ববু কৌশিন্দুনা তাও, "ইবেন থোঙাইস্নুনা লিক্লাং অমা লোই। লিক্লাং অতুগী রাহৌদগী ইপু অতোনবনা ইপু অহনবু হাংকে তৌই। অতুদগী ইপু য়াইমনা মহাকপুস্নু হাৎলরগনি হায়তুনা মোইরাংদা চেনখি। ইপু য়াইমগী ঈদি নঙনি। ইপু হাওরমতোনগী ঈনা ঐহাক্কি। নঙনা কাও ফাবা লাকপা অসিবু নঙ নশানা ফাগে হায়তুনা য়াবরা? মোইরাংনা নমতুনা নঙবু ফাও হায়বরা?" হায়না সনায়াথং হংবিরক্লে।

অতুদা খম্বনা খুমখি, "ননাই ঐনা ইমা ইপা অনীগী মতীক ময়াই ঙাক্তুনা ইশানা ফাজগে হায়তুনা চোঙথোকচবনি" খম্বগী পাউখুম তাবদা খুমল নিংথৌনা পেন্নতুনা

পান্না খুদপ মগা পী। খুমল নিংথৌগী পশোৎ লমথাং অদু খম্বগী মনগন্দ কুপ্পীরে। "ঐমক্তনা খুমল নিংথৌ অশেং-বমক্তা ওইরবদি খম্বা নও শিগনুকো কাও অসি ফাবা ওইরো" অম্মুম্না সনায়াথং তাকপীরে।

খম্বনা মোইরাং নিংথৌ খুরুম্রে। অদুদগী খুমল মোইরাং অনীমক্কী মীয়াম্মুস্ খুরুম্রে। মীয়াম্না খম্বা নহাক শিফরোই লেপ্পনক কাও ফাবা ওইয়ু লাইনম্মু কুবিসন্নু। চীংখুবা মনাও ইবুংঙো, অঙম্বা পূম্নমক অমমম ওইনা খুরুনখ্রে। অদুগী মতুংদা খম্বনা কাও ফাগে হায়দুনা লুরাংতৌ মরক্তা চঙখরে। লাঙ্গৈরপুং মথক্তা কাখৎলে খম্বনা মমায় নোংপোক পাংলদুনা কাও অসি কদাইদা লৈরিগবা হায়দুনা য়েংলে। কাও অদু উবা ফংদ্রে। মথা ওন্দুনা য়েংবদা কোম মপান্দা কাও অদুনা ঈশিং থক্নুনা লৈবদু উরে। শল অদু মীখোল তাবা য়াদে হায়বদুদা খম্বনা কন্না লাউই। খোল্লাও অদু তাবদা শল অদুনা খম্বা তন্না হোচিল্লক্লে। মফম অদুদা খম্বনা কাও অদুবু কারবদি মীয়াম উররোই অদুনা মীয়াম্মু উহনগে হায়না মপূক্লীংদা খল্লদুনা কাও অদু লঙনা লঙনা পুথোরক্লে। অম্মুম্না কাও অদু নিংখৌ অনীগী সনামাঙ য়োরক্লে। শল অদুবু লঙনা লঙনা খম্বনা মাঙ থাদ্রুনা লাকপদা লৈবাক মীয়াম্না খম্বা চ্যেল্লে চ্যেল্লে হায়দুনা ব্রা ব্রা লাউনখ্রে।

লাওনবা অদু তাবদা খম্বনা হোনা 'ঐহাক চ্যেনবা নত্তে খোঙরাই মতা অফবা থিবনি। খুমল মোইরাং অনীমক

তপথবীয়্, ইমা লৈমনা পোকপনি, ইপা অঙম্বগী মচানি, ইনিংথৌগী মনাইনি। ননাই ঐ মায় ওল্লোই” হায়রম্লগা খম্বনা ফৈরা য়েহ্লুনা কাও তম্না চোংশিল্লি। কাও অহুম্ব্ রাইগে হায়হুনা খম্বা তম্না চোংশিল্লি। খম্বনা শলগী মচী অনী অহু খুং য়েং ওইনা অমমম পায়রে। শলগা খম্বাগা অনী অহু থেংনবদি সনজীং অনী থেংনবগী মতাগুম্মী। শোরারেনগী নোংশা অনী কাওনবগী মওংনি। খম্বনা অমুক ইন কাওনা অমুক ইন অনীনা লাক্লবগী উফুলনা অতিয়া তম্না কাখৎলকপা অহুদি কোরৌ মাগী মছেক মঙাল লোংখরে।

খুমল মোইরাং অনীগী মীয়ামহুদি কুমহৈহুবু য়েংবদা মমিৎ কুপতে ময়া ইকা কাই। খম্বা শোয়দনা শিবা তারে হায়হুনা মীয়ামহু মুংশা থীনরে। অহুদগী থাংজীং লাইগী নোংদম্না খম্বনা ফল হেক চোংখৎতুনা কাওগী মঙকশমদা মখুং অনীনা কোল্লি। মখোঙ অনীনা মচী অনীদা চেংনা নেংলে। অহুদা শল অহুনা মপূক্তা খনখি ‘‘নীপা অসিদি ঐনা হেনজিনবা য়াবা মীতা থোক্লে ঐ চ্যেল্লগে” অস্মুম্না। মহাক্লা হাল্লা লৈরম্বা মকম অদোনদা চ্যেনশিনখরে। খুমলগী মী মখৈনা শলগী মচীনা লেংহুনা খম্বা পুখ্রে হায়, মোইরাংগী মখৈনা মনমদা হুনগৎতুনা পুখ্রে অস্মুম্না লৈবাক অনীগী মীয়াম্না মানা মানা থোকপা ঙাঙনহৌই। সুরাং তৌরক য়ৌরবদি লৈবাক্লা খম্ববু শিরে হায়না ঙাঙনহৌরনি অহুনা শল মথক্লগী চোংথরগে নীংহুনা লৈপাক্তা খম্বদো চোংথরে। অহুদা শল অহুনা খম্ববু রাইগে নীংহুনা মমায় ওনশিল্লি।

খম্বস্থ শল্লোমদা মমায় ওনশিল্লি। মখোয় অনী মায়োক্লে। কাও অহুনা খম্ববু উবদা য়াম্না কিরে।

থাংজীং লাইগী নোংদমদগী খম্বনা মচেম খমনুনা তাকপীরকপা ব্রাফমহু নীংশিংলক্লে। শল অহুদা খম্বনা হায়রে "ঙাংবা নিংথি পামহৈবা নঙবু নশা ঙাঙই হায়বগী ঙাংবা কৌই হায়এ, ইপা পুরেনবনা নিংথিদগী য়াম্না পাম্না পুরকই হায়বগী পামহৈবা কৌই হায়। ঐগী ইনিংদি খম্বা কৌই ইচেনগী মিংনা খমনু কৌই। নঙবু ইমা ইপানা লোইরম্মী হায়না তায় অহুনা নঙবু কোনশিল্লগে হায়হুনা লাকপনি।" শল অহুদি লাইগী শলনিনা খম্বনা ঙাঙলিবা পুম্নমক অহু লোইনা খঙভি। শল অহুনা খম্বনা হায়রিবা পুম্নমক্তু খঙলে হায়বগী মতাগুম খোংলকই। খম্বনা মমা ঙাংখরৈমানা তারম্বা কাব্রং থোরি নৈরি হায়হুনা থোরী অমা পুথোক্লে। থোরী অহুবু হেক উবদা য়াম্না ঙাওরম্বা শলহু ইতে হেক তেথরে। খম্বনা শল অহুগী মনাক্তা চঙশিল্লহুনা মচী অনী অহুদা থোরী কোঙ্গোই হুকলে।

অহুদগী খম্বনা মচেমখোয়বু হাম্না য়েংহল্লুখিগে মপুক্তা নীংলহুনা মচেম খমনুগা মজাইবেম্মা থোইবীগা অনীনা লৈবা মায়কৈ অদোমদা শল অদা চিংহুনা পুশিল্লক্লে। শল অদো উবদা মচল মনীং অনীহু য়াম্না হরাওই। অচা অথক পুরকপা ময়ামহু পুথোক্তুনা খম্বদা পীজরে। চাবা থকপা লোইরবা তুংদা খম্বনা হায়রে "ঐদি খুমল মোইরাং

অনীমক্তা শল ফারকই হায়বগী পাউ তমলুদরি। পাউ তমলুখিগে ইচেমগা মজাইবেম্মগদি চৎলম্লো।" খম্বগী ব্রাহ্ম তারবদা খমন্নু থোইবী অনীমক খুলাক পাংতা থাংলম্বা হি অদু তোংদুনা লোক্তাক লাল্লক্তুনা ময়ুমদা থুংখরে।

মচেম খমন্নু অমসুং মজাইবেম্মা থোইবী অনীনা চৎখ্রবদা খম্বসু নিংথৌ অনীগী স্নানাক তম্মা শল অদু পুদুনা লাক্লে। পূকচেল ফত্তবা কোংয়াম্বনা খম্বনা ইরায় লায়না ঙাংরবা শল অদু ফাখিবদা লৈবা ঙমদ্রে। কল্লকপগী মৈনা মাগী থম্মোইদা চাকপা হোৌরক্লে। করি উপায় তৌদুনা শল অদো মুনবা য়াগদগে খল্লক্লে। অদুদগী লাংলক্তা থুপতুনা লোৎতুনা কে শাদুনা লৈরে। খম্বনা কোংয়াংনা লোৎলিবা মপা অদু য়োৌরক্লবা মতমদা কে শাজিন্নদুনা কোংয়াম্বনা শল মুনগে তৌরে। খম্বনা কোংয়াম্বনা শাজিন্নবনি খঙলদুনা লাউবদা কোংয়াম্বা কিদুনা চ্যেনখ্রে। খম্বদি শল অদুবু চিংলদুনা খুমল মোইরাং লৈবাক অনীগী মনাঙদা থোকলক্লে হায়দুনা ব্রা ব্রা লাউনরক্লে। মীয়াম পুক্নীং হরাউই। খম্ববু মোইরাং নিংথৌনা কৌশিন্দুনা উচুক য়ৈহল্লগা শল অদু পুনশিনহল্লে। অদুদগী শগাই মথক্তা কৌথৎলে। অকল লুকথোঙ পীজরে, অহাও লুকথোঙ চাহল্লে। খুমল নিংথৌ, মোইরাং নিংথৌ লৈবাক্কী অঙম অথৌ পুম্নমক হরাও ঙমখৈ লৈখিদ্রে।

অমসুম্না খম্ববু মীয়াম্না থাগৎনবা তাবদা কোংয়াম্বা লৈবা য়্যারক্রদুনা "ননাই ঐসু কাও ফাবা য়াওই" হায়দুনা লাউরক্লে।

কোংয়াম্বগী ব্রাহু তাবদা নিংথৌ অনীমক ঙক্লে। অতুদগী মোইরাং নিংথৌনা "কোংয়াম্বা! নঙনা মতৌ করম্না কাও ফাবা য়াওরুবগে?" হায়তুনা হংবিরক্লে।

কোংয়াম্বনা "ননাই ঐহাক ইতাও খম্বগী মরু খুনগে হায়তুনা চৎচরুই। ঐনা য়োবা মতমদা শলনা ইতাওবু নমতুনা লৈরম্লে। ঐনা ইতাওবু কনগে হায়তুনা কাওগী মথৈ পায়তুনা চিংথোকলুই। অতুদা শলনা ঐবু নমগে তৌই। অতুদগী ননাই ঐনা চোংশিন্দুনা শলবু নমতুনা থমলিঙৈদা ইতাওনা মচীদা থৌরী থুরে। অতুদগী ইতাও খম্বনা মানা ফাবা শলনি হায়তুনা নিংথৌ সনা মাঙদা পুরকলিবা অসিনি।" হঙ্গৎলে।

কোংয়াম্বগী ব্রা তাবদা নিংথৌ অনীমক্না খম্বদা কোংয়াম্বনা কাও ফাবদা মহাক য়াওই হায়রিবা ব্রাফমসি চুম্ববা হায়না

খম্বনা "ঐনা অসুম কাও চিংতুনা লাকচবদা ইতাও কোংয়াম্বনা ঐবু ব্রাররিগনি মহাক পুগে ঐনা পায়রিবা থৌবী অদু মঙোন্দা পীয়ু হায়। মতুদা ঐনা য়াজদে। মহাক্না চঙশিল্লক্লুনা ঐঙোন্দগী থৌরী মুনখি। মতুদা শলনা কোংয়াম্ববু নম্মী। শলবু কিবদগী কোংয়াম্বা থৌরী থাদোকখি। অতুদগীদি ঐনা তান্নজতুনা শল অদু ফারগা হৌজিক সনাখুয়া-খাদা কৎচরিবা অসিনি।" হায়না খুমদোরক্লে।

মোইরাং নিংথৌনা কোংয়াম্বদা খম্বনা হায়রিবা অসি চুম্বরা হায়না হংডি। কোংয়াম্বনা চুমদে হায়না খুম্মী। নিংথৌ অনীনা খুমল মোইরাং পুন্নমক তানবা ৱাফম অসি লাউথোক্লে।

মখোয় অনী খংনরিবা অসি লাইগী অচুন অরাল য়েংলসি উচুক্তা পুলিবা শল অসি থোক্লুনা কোংয়াম্ববু চিংহল্লসি হায়দুনা নিংথৌ অনীনা হায়রে। লৈবাক মীয়াম্নসু য়ারে। কোংয়াম্ববু কৌথোক্লে শল অদুবু চিংঙু হায়রে। কোংয়াম্বা য়াদরে শলগী মনাক্তা চডবা ঙমদরে। অদুদা নিংথৌনা কোংয়াম্বা মচিন থী ওইদবা ঙাংডি হায়দুনা চৈরাক পীরে।

খুমল নিংথৌনা খম্ববু কৌশিন্দুনা "নঙনা কাও ফাবা অসিদা ঐ য়াম্না নুংঙাইরে" হায়দুনা খেরোৎ ফৈজোম অমা, সনা খুজি অমা, স্নরিক পরেং অমা, লমথাং খুলক অমা, স্নরূপা ফুরিৎ অমা, সনাগী নাইল চৌংলাই শাবা অমা কাব্রং লানফি অনা, হিদাকফু লুপা য়োম্বা অমা, সনাগী ক্কাগোক্তগী পান্না খুদপ মডাগা পীনবিরে। "নঙদি মোইরাং নিংথৌগী থৌগল ভৌদুনা, নচেম খমনুবু য়োক্লুনা নুংঙাইনা পাল্লু" হায়দুনা তাকপীরে।

মোইরাং নিংথৌনা খম্ববু কৌশিনখরে 'নঙনা কাও ফাবসিদা ঐগী নুংঙাইবগী ঙমথৈ লৈখিদরে। নঙোন্দা মতীক চাবা মনা পীনিঙাই লৈতরে অদুনা ইচা সিজ থোইবী অসি নঙোন্দা। ঙসিদগী হৌনা পীরবনি" হায়না নিংথৌ সনায়াথং

তাকপীখবে। নিংথৌগী পশোং নমথাং অমস্থু পীবিখরে। ব্রাফম অসি খুমল মোইরাং লৈবাক অনীমক খণ্ডনখ্রে।

খুমল নিংথৌনা মোইরাং নিংথৌদা "ইতাও ইবুংঙো ব্রারৌগন্ত্র। ননাই নোংবানবু হন্দকমুক্তি ঙাকপীরসি। মাগী মথক্তা লৈবিবা চৈরাক অসি লৌথোকপীরসি।" হায়রক্লে। মোইরাং নিংথৌনস্থু য়ারতুনা কোংয়াম্বগী মথক্তা লৈরিবা চৈরাক অতু লৌথোকপীতুনা মহাকপু থাদোকপীখরে। অতুদগীদি খুমল নিংথৌ মোইরাং নিংথৌ অনীমক ময়ুম শঙ্গায়দা হন্নখ্রে।

খম্বস্থু নীপা ১৫ গা লোয়নতুনা শল অতু চিংলক্লে। খম্বনা লাকপা লম্বীদি হৈয়েন হংগুল, ফৌগাকচাও, লফুপাং কৈবুল য়াংবী, খোঙজাই ঙম্বা চীংজেং, সেন্দ্রা লময়াই শমক্তুনা লাকই। অতুগা মোইরাং নিংথৌদি হিরেন তো তুনা ঈপাক শমক্তুনা তুরেলুদা হি থাংখি।

অতুদগীদি নিংথৌস্থু কংলাদা থুংঙরে। লৈবাক মীয়ামস্থু ঙম্না থুংনররে। খম্বস্থু কাওগা লোয়নতুনা থুংঙরে। কংলা য়াইবুংয়েরে মোইরাং নিংথৌগী লৈমা অহন্না লুচিংলতুনা লৈমরোল শুনা লেংথোরক্লে। অচা অথক লৈবাক মীয়াম থুংনা য়েল্লে। ময়াম পুন্নমক অমতা ওইনা হরাওবা ফোংদোক্লখ্রে চাবা থকপা লোইরবদা নিংথৌস্থু সনা শঙ্গায়দা লেংশিনখরে। লৈবাক মীয়ামস্থু ময়ুম ময়ুমদা হন্নখ্রে। খম্বস্থু ময়ুমদা হল্লক্লে। নোংঙাল্লগা খম্বনা শল অতু থাংজীং লাইদা কংখ্রে।

---

( ৫ )

# উকায় কাপ্পা

মোইরাং নিংথৌ পুরিক লাই. মনাও ইবুংঙো চীংখুবা কেগে অঙম্বা পূম্নমক কংলাদা তিল্লে। "হয়েংদি উকায় কাপ্পা, খুজুপ তেল্লি ককপ। ন্নুমিৎনি, কৈঃ গা লাঃ গ, পুলবা ন্নুমিৎ থোকএ" হায়ত্তুনা নিংথৌদা হঙ্গংলে। নিংথৌস্তু রাত্তু তাবদা য়াম্না হরাওরে। হয়েংদি উকায় কাপ্পা তাখ্রে। উকায় কাপ্পা অসিদা শকয়েং ফিয়েংনসি হায়ত্তুনা নিংথৌনা লৈবাক্কী অঙম্বা পূম্নমক্ত লাউথোকখ্রে। পাউত্তু ফংলবদা লৈবাক্কী অঙম্বশিং ময়ুম ময়ুমদা কূম্নরক্লে। চীংখুবা ময়ুম শঙ্গায় য়োরক্লে। হয়েং উকায় কাপ্পদা থোন্নবা ফুরিৎ মশক খনবা হৌরক্লে। মনাও ইবুংঙোগী য়ামখ্রবা ফুরিৎ মরক্তুদা অপাম্বা য়াওদ্রে হায়রে। মজাইবেম্মা থোইবীনা কবো লল্লোনবদগী তয়ুম নাইকোক অমা মথায় পীত্তুনা লৈহৌবা ফুরিৎ অত্তবু লীংকে হায়না নীংলক্লে।

মচ্চা সিজা থোইবীবু কৌশিন্দুনা, "ইবেম্মা নঙগী ফুরিৎ অতু ইপা উকায় কাপ্পদা লিংকে" হায়বিরক্নে।

থোইবীনদি অমুদোন খম্ববু লৌংহনগে হায়তুনা থমলি-বনিনা "ইপা ইবুংঙো ফুরিৎতুদি য়োম্হোকখরে" হায়না খুমদোরক্নে। মতু তাবদা মপাবুং চৌংখুবদি ইকায়তুনা লৈহোরে।

অতুদগীদি মজাইবেম্মা থোইবীনা মনাই সেন্নুগা লোয়নতুনা ফুরিৎ অতু পুরতুনা খুমনময়ুম পাংলকলে। খম্বদা ফুরিৎ অতু হয়েং উকায় কাপ্পদা লিংলু হায়তুনা পীরে। ঙহাক রারী রাতাই তৌরগা মপু মনাইতু সনাকোন্নুং য়ৌরক্নে।

নোংঙাল্লে। উকায় কাপ্পা হুমিংতু থোক্লে। অঙম্বা পুন্নমক্না মথোয়গী হৌনবা লাইফম পুন্নমক তাইখ্রে। অতুদগী থোংলেন অঙম্বগা মাইবা হঞ্জবগা করাং হৈচীং অতু তাইরুরে। নিংথৌ, মনাও ইবুংঙো চৌংখুবা, কেগে অঙম্বা ঙম্না উকায় কাপকনি হায়তুনা মোইরাং খোরি কৈথেলদা লাক্লরে। উকায় হায়বা পোশক অতুদি নিংথৌ মরীফুতরা য়েকই। মতু পায়গদবা নীপানা নামোই খম্বনি। নিংথৌনা তেন কাপ্পদা য়েকলিবা অতুদা পান্দ্রতুনা পায়রিবা মী অতুদা পাল্লবদি লৈবাক্কী ফত্তবনি অস্নুম্না খঙনৈ। নিংথৌ য়েকইবা অতুদা পাল্লগনা অফবনি লৈবাক্কী য়াইফবনি হায়না খঙনৈ। মোইরাং নিংথৌনা তেন অতু মঙারক কাপ্লি। তেনজৈশিং অতু কোংয়াম্বনা খুল্লগা নিংথৌদা কংশিল্লি।

নিংথৌনা তেন কাপ্পা লোইরবা মতুংদা মনাও ইবুংঙো চৌংখুবা তেন কাপকে হায়তুনা চঙশিল্লক্নে। চৌংখুবা তেন

কাপ্লে। নিংথৌনা পানখিবা মফম অদুনক্তদা মনাও ইবুংঙোগী তেন অদুস্থু হেক পাল্লি। খম্বনা চীংখুবনা কাপখিবা তেন অদু খুল্লি। মুমিৎ অদুদা ঃজাইবেম্মা থোইবীনা পীরম্বা ফুরিং অদু লিংতুনা চংলি। তেনজৈশিং অদু খুনবা চৎপদা থোইবীগী ফুরিৎ খম্বনা লিংলিবদু চীংখুবনা উখ্রে। চীংখুবনা লিংপা ফংখিদ্রবা মজাইবেম্মগী ফুরিৎ অদুবু লাঙ্গৈরবা খম্বনা লিংলকপা উবদা চীংখুবা শাওনীংবদা থেংখ্রে। খম্বনা খুল্লকপা তেন অদু চীংখুবনা লৌশিনদবে লংনরে। চীংখুবনা কোংয়াম্ববু কৌশিন্দুনা তেন অনীরক খুলহনখবে। অদুদগী মজাইবেম্মা থোইবী কোংয়াম্বদা পীরবনি হায়দুনা মনাও ইবুংঙো চীংখুবনা লাউথোক্লে।

চীংখুবগী ব্রাদু তাবদা মোইরাং নিংথৌ অদু ইঙক ঙক্লে। অঙম্বা পূম্নমকস্থু ঙক্লে। উকায় কাপ্পঃ অদু লোইরবদা নিংথৌ, মনাও ইবুংঙো মথং খনবা অঙম্বা ঙম্না কংলাদ হঙ্ঙিনল্লক্লে। নিংথৌস্থু ফমফম্লাংদা লেঙশিনখ্রে। অঙম্বা পূম্নমকস্থু মফম মফমদা ফম্নখ্রে। অদুদগী ঙসাই উকায় কাপফমদা থোকখিবা থৌদোক অদুগী মরমদা ব্রা হোংদোরক্লে। "নমোম লাংলেন নচ্চা সিজ থোইবী পুক্লীংগী ব্রা খঙদনা ননাও ইবুংঙো মথংখনবনা নমোম্থু কোয়াংম্বদা থাজববু করিগীনো ?" হায়দুনা নোংবান চাউবনা নিংথৌ সনা খুয়াখাদা হঙ্গংলে।

নোংবান চাউবগী ব্রাদু তাবদা চীংখুবনা "ইমোম লাংলেন থোইবীদি ঐনা পোকচবা ইচ্চানি। নীংঙোল থাজবদি মপা

ঐনা থাজগদবনি কোংয়াম্ববু ঐগী থৌগল ফংজসনু হায়তুনা থোইবীবু ঐনা কোংয়াম্বদা থাজবনি।" হায়না খুমদোরক্লে। চীংখুবগী পাউখুম অদু তাবদা নি থৌদি ইকায়বনা মরু লুকখরে।

অদুদগী অমুক কোংয়ানবদা ওনশিন্দনা "নোংবান অঙোম শাগে নংখোয়না ইন্দক্কী মঙানি পানবা ইরাই মুমিংতা হৈজীং খুদেং চামা তরেং পূবকউ। মুমিং অদুদা ইমোম লাংলেন থোইবী অসি কোংয়াম্বা নয়ুমনা খিনবিগে" হায়রক্লে। ব্রাহ্ম তাবদা কোংয়াম্বদি হরাওননখিবনা লৈফম লাকফম খঙখিদরে। মোইরাং নিংথৌদি ইকায়বনা মরুলৈদা লুক্কুনা সনাকোন্নুং মনুংদা লেঙশিনখ্রে। অঙম্বা পূম্নমকসু ময়ুম ময়ুমদা ওম্না হন্নখ্রে।

মপাবুং চীংখুবনা তৌখ্রিবা পূম্নমক্কু তারদুনা মজাইবেম্মা থোইবীদো শাওখিবনা খাম্বী মৈহৌখ্রে। পামদবা নোংবান কোংয়াম্বদা লৈরোই হায়তুনা মনাই সেন্নু লোয়নদুনা খম্বগী ময়ুমদা কুম্লক্লে। থোইবীনা মপাইবুংডো চীংখুবনা তৌখ্রিবা পূম্বা খম্বদা তম্লে। হায়রক্লে "ইবুংঙোতোন নকুনা পীবা কোংয়াম্বদদি লৈরোই। কোংয়াম্বনা হৈজীং খুদেং চামা তবেং পুরক্কনি। অদুনা কোংয়াম্বদগী ঐখোয়না তরেং অমা থোইনা মুমিং যুংবা মতমদা পুসি।" মজাইবেম্মনা হায়বা অদু খম্বনসু ফৈ হায়দুনা য়ারে।

অদুগী মতুং নোংভানবদা খম্বনা মপা পুরেনবগী মতাও কবুই শলাং মাইবগী মখুন্দা চৎলে। মফম অদুদগী থোইবীগী

হৈজীং পুননবা হৈ হেকলে। খম্বনা হৈয়াম পুতুনা লাকপদা মজা-ইবেম্মা থোইবীগা, মনাই সেন্নুনে, মচেম খমন্নুনে অহুম্না গুক্লম্মী। অতুদগীদি মজাইবেম্মা থোইবীদো কোন্নুং তান্না কাররে। মানা তৌগদৌরিবা পূন্নমক অতু মন্ধান ইবেম্মা ইন্দ্রানী থোয়াদা ঙম্না খঙহল্লি। ইন্দ্রানীনস্সু হরাওনা য়াই। থোইবীনা অহীং নোংশোইবত্থু তুমদ্রে নাশিন্নখ্রে। নোংঙাল্লে হায়রগা কোংয়াম্বগী হৈজীং খুদেং চামাতরেৎ পুরক্লে। চীংখুবদি থোইবীনা তৌবিবা খুজিন অতুদি খঙদবনিনা থোইবী নারে হায়তুনা কোংয়াম্বগী ময়ুমদা থিনখিদরে। খম্বগী হৈজীংস্সু পুরক্লবা অতুদদি থোইবীস্সু নাবা ফরে।

মতুং নুমিৎ মঙানি নৈবগা মোইরাং নিংথৌ মচা পোক্কে কংলা শাহোঙ ঙাহোঙগনি হায়তুনা লেমলৈ ঙা তালহল্লি, য়ারৌ শা ফাহল্লি। চীংখুবনচিংবা কেগে অঙম অথৌ ময়ামগা লোয়ননা কংলা শাহোং ঙাহোংলে। লোইরবা মতুংদা চীংখুবা ময়ুম শঙ্গায়দা কুম্নক্লে। নুমিৎ অতুদা চীংখুবসি হৈ চানীংবনা লাই য়াওখ্রে। হৈ চাগে হায়তুনা কোয়থী থিরক্লে। থোইবীগী মমা ১১ মক্লা হংবদা কনাদস্সু হৈ লৈরমদরে। থোইবীদা হংবদা লৈরমলে। থোইবীনা হৈ পুথোক্তুনা মপা ইবুংঙোদা পীজরে। হৈ অতু হাওবনা মহা ওইখ্রে কদায়দগীনো হংভি। থোইবীনা খম্বনা নহান হৈজীং পুরকপা অতুদগীনি হায়না খুম্মী। চীংখুবনা চানীংদে হায়বা হৈবু মঙোন্দা নমতুনা পীজৈ হায়তুনা থোইবীবু য়াম্না শাউরে। চীংখুবনা খম্বমক্তবু হাৎলগে হায়তুনা মপুক্লীংদা চপয়ুংনা লেপখ্রে।

( ৬ )

## খম্ববু শামু খোঙয়েংপা

চীংখুবনা নীংলিবা খম্ববু হাংকে খল্লিবা অদু পাঙথোক্লবা পোবম থিবা হৌরক্লে। নোংবান কোংয়াম্ববু মী থাদুনা কৌহল্লুবে। মপু মনাইনা করম তৌরগা খম্ববু হাংসিগে হায়না খন্নরে। অহীং নোংয়াই অথেঙবদা নিংথৌগী শামু য়াইশা পুথোক্লুনা মোইরাং খোরী কৈথেলদা খম্ববু শামু খোঙদা য়েংসি লাঙ্গোই খোঙদা পুনসি অদুগা খম্বগী মথন্নাই লৌসি লেপ্পরে। চীংখুবগী ন্নাদু মনাই কোংয়াম্বস্তু হরাওনা য়ারে। কোংয়াম্বা মী খোম্বা চংখ্রে। চীংখুবনা শামু য়াইশা লৌথোকপা চংখ্রে।

অসোমদা কোংয়াম্বনা পাউ পূবা নীপা অনী থাদুনা নিংথৌ সনায়াথংনি হায়জিন্দুনা খম্ববু কৌহনখ্রে। অদুগা মহাক্না নীপা কুনথ্রা অমা খোমদুনা মোইরাং খোরী কৈথেন্দা ঙাইদুনা লৈরে। চীংখুবনা শামু হজ্ববদা নিংথৌসনা য়াথংনি

হায়জিন্দুনা মোইরাং খোরী কৈথেলদা শামু য়াইশা পুথোক-হল্লে। খম্ববু শামু খোঙদা য়েৎলে লাঙ্গোই খোঙদা পুল্লে। মোইরাং খোরী কৈথেলদা খম্ববু উপনা তাবে উপনা চিং লোংনা তারে লোংনা চিং তৌরে। খম্বগী মশাদো ঈভাং পাক্তুরে ঈমু পামফেন্নরে।

খোমলেন তুমথুল তাল্লিবী মজাইবেম্মা থোইবীদি থাংজ্রাং লাইগী নোংদম্না ব্রাফম অসি খঙলদুনা মথুৎতা থাঙমচা অমা পায়রদুনা খোরী কৈথেল তম্না চোনথংলক্লে। থোইবীনা চেল্লকপা উরবদা মাঙবা তারে হায়দুনা চীংখুবদো ময়াম্বু হুনজেক্লমদুনা চেনখ্রে। চীংখুবনা চেনখ্রবদা কোংয়াম্বস্সু নীপা কুনথ্রা অদুস্মু য়াওনা চেনখ্রে। থোইবীনা খম্ববু শামু খোঙদা পূল্লিবদু থোক্লদুনা মতমবাক্তা পমগৎলদুনা অনা লাইকন্নরে। মনাই সেন্নু থাদুনা মনমা খমনুবুস্সু কৌহল্লরে। মবাই ফৈরোইজাম্বা মকু নোংবান চাউবা পাউ অদু তারদুনা ঙম্না খোরী কৈথেন্দা থুংঙরে। খম্বগী অশোকপা হকচাং অদু ফৈরোইজাম্বনা পোরদুনা মজাইবেম্মা থোইবী, খমনু নোংবান চাউবা, শামু হঞ্জবগা লোয়ননা কংলাদা থুংঙরে।

অসোমদা মপা থোংলেনস্সু তারে। লাকচমল্লি অহীং অথেঙবদা মচা খম্ববু মথন্নাই লৌগে হোৎনরম্বা, খম্ববু কৌথোক্তুনা শামু খোঙদা য়েৎপদি কজমন্দে উশিং থওইদবা মাল্লি লৈবাক নিংথৌ পান্দবা মাল্লি হায়দুনা য়াম্না শাওরে। থাম্নবা য়াথিদ্রে। থোংলেন লান হোরক্লে। থোংলেন্না লাল

হৌরক্লবতুদা কংলা পূংজাও থীল্লে। অঙম অথৌ অপুম্বা তিল্লে। ব্রাফম অদু কংলা ব্রায়েনবা তারে। কংলা ব্রায়েনবদা চীংখুবা মরাল লৈরে হায়বা খঙলদুনা নিংথৌনা চীংখুববু লাল্লি ওক্কে হায়না তান্থোকখ্রে। কোংয়াম্বনচিংবা মুপা কুনথ্রা অদুসু চৈরাক পীখ্রে।

খম্বা নয়ুমদা পুথরক্লে। মজাইবেম্মা থোইবীসু য়াঙনা লেঙথরক্লে। থোইবীদি খম্বনা মশা হেক কনদ্রিফাও লাইকন্ন-খিদি কোনুংদা কারোই হায়খ্রে। অচা অথক ঙম্না কোনুংদগী থিনখৈ। নুমিৎ মঙানি শুরে খম্বা অনা লাইখক্লে। খম্বনা ফরবদা কোংয়াম্বনচিংবা নীপা কুনথ্রামক চৈরাক পীবা অদু কোকপীদুনা থাদোকপীখ্রে।

খম্বা ফরবা মতুংদদি থোইবীসু কোনুংদা হল্লক্লে। চীংখুবনা মচাসিজ থোইবীদু নোংবান কোংয়াম্বদা লৈগে হায়রিবরা লৈরোই হায়রিবরা হায়দুনা মমাশিংবু হংহল্লি। ব্রাফম অসি থোইবীগী নিংঙোল কাদা মমাবোক্কা ঙাঙনৈ। থোইবীনা কোংয়াম্বদা লৈবা সুকঙম ঙম্মোই হায়না খুম্মী। মমাশিংনা থোইবীগী ব্রা অসি মপাবুং চীংখুবদা হঙংলে।

থোইবীগী ব্রাদু তারবদা চীংখুবনা মমোম লাংলেন থোইবীবু মনাক্তা কৌশিল্লি "ইপানা ইমোম নঙবু অঙোম ময়ুমদা থাজখ্রে। ইপাগী চিন অনী শুহনগনু নোংবান কোংয়াম্বদা লৈয়ু হায়ববু করি হায়রিবগে সনাহল। ইপানা হায়বা ইল্লু য়াওনে সনাহল" হায়না সনায়াথং তাকপীরকই।

মপাবুংগী ৱাহৎ তারবদা থোইবীনা "কাওফাওৈদা পম্থোগা ইপন ইবুংঙোগা অনীমক্তা সনায়াথং খুমন্দা থাজখিবা নুমিৎ অতুদগী হৌনা নামোমগী পূক্নীং লেপচখ্রে। নিংঙোল পূক্নীং হোংজরোই। ইমং অনী শুজরোই। অঙোম ময়ুমদা লৈয়ু হায়না সনায়াথং অমুক তাকপীরগনু অপোকপা"। হায়তুনা খুমদোরক্লে।

মমোম লাংলেন থোইবীগী ৱাহৎ তাবদা চীংখুবা মপাদো মৈরি মতোন্দা নেৎপাগুমখ্রে। অশাও ঙমথৈ লৈখিদ্রে, লাউরকই ' ঐনা পোকপা ইচানি। ঐনা হায়বা ৱাবু নঙনা ইন্দ্রবদি নঙবু য়োম্থোক্তুনা অশিংপা নমল অতুনা হৈ লৈতুনা য়াখোঙ থুম্না য়া কল্লিৈডদা চাহৌরগে। মরোল ইরোল খঙদবা তুমু লমদা লোই থাগে। ইতাও তুমু লাকপাদা নঙবু য়োম্থোক্কে। নমলদি সনানা নরেপ তম লুপানা নফে তমতুনা লৌগে।"

মপাবু চীংখুবগী ৱাহৎ তারগা মমোম লাংলেন থোইবীনা শ্রিৎ নাম্না খুমদোরক্লে—"ইপা ইবুংঙোগী সনায়াথং মতুং ইনজগে, শেম্বী লোইদা কুমজগে। পম্থোগী ৱারক চৈথেং ফংজগে।" অম্নুম্না। পাউখুমতু পীরম্লগা থোইবীদো নিংঙোল কাদা চঙখ্রে।

# ( ৭ )

# লোই থাবা

চীংখুবা মনোম লাংলেন থোইবীগী রাজু তাবদা অশাওবগী ঙমথৈ লৈখিদরে। হয়েংমক থোইবীবু কবোলোইদা কুমহনখ্রগে হায়না মপুক্লীংদা চপ য়ুংনা লেপখরে। অদগী মনাই তম্পাকয়ুম হঞ্জববু কৌরে। তম্পাকয়ুম হঞ্জবদা নীপা মঙাগা লোয়নজুন' চৎলগা থোইবীবু কবো লোইদা থারুরো হায়না সনায়াথং তাকপীখ্রে। নোংঙাল্লগা মজাইবেম্মা থোইবীনা মনাই সেন্নুগা লোয়নজুনা খম্বগী ময়ুমদা চৎলি। মপাবুং সনায়াথং তুংইন্না কবোলোইদা কুম্বা তারে হায়জুনা খঙহল্লুই। থোইবী খুমল ময়ুমদগী হল্লক্লে। চাক ঈশিং চাবা থকপা লোইরে। মপু তম্পাকয়ুম হঞ্জবগা লোয়নজুনা কবো লোই কুম্লক্লে। মনাই সেন্নুদি মবেম্মগী থৌগন ইন্দে। কেগেদা অজুমক লৈহৌই।

খম্বমু মজাইবেম্মা থোইবীনা শেম্বী লোইদা কুমগনি হায়বা অজুদা অমুক্তং উন্নহোগে রা অমা অনী ঙাংনহোগে

নীংলদুনা কুম্বী লৈশোকপুংদা ঙাইদুনা লৈরে। থোইবীনা লোই কুম্লকপদা খম্বগা উনরে। উনরবদা খম্বনা থোইবীবু কবো লোইদা কুম্বা হায়বসি ফত্তে, য়ারবদি কুমগনু হায়না ঙম্বমখৈ থেমজখি।

"নিঙোল ইপূক লেপখ্রে শেম্বী লোইদা কুমগনু হায়ব-সিতদি হায়বিগনু" হায়দুনা থোইবীনা হায়জখি। থোইবীগী ব্রাদু তাবদা খম্বনা থোইবীবু খাম্বা য়ারোইদৌরে হায়বা খঙলে। খম্বনা পুরকপা ব্রাচৈশু মতাং তরেৎশুবা অমা খম্বগী মহুৎ শিন্দুনা পুখো হায়দুনা মজাইবেম্মা থোইবীদা পীখি।

থোইবীদো খম্বনা পীবা চৈশু পুদুনা শেম্বী লোইদা কূমখরে। খম্বদি ময়ুমদা হল্লক্লে। থোইবীনা ঈথাই চাংজান য়ৌরক্লবা মতমদা পোৎথারম্মী। মমানা য়োম্বীদুনা হাপলকপা চয়োম থোক্লুনা চায়। চয়োম অদু য়োম্লকপা চয়োমলাঃ অদুগী লারুং অদু "ঐমক্তনা মপুরোইবা নীংবী অশেংবা মক্তা ওইরবদি লাঃ নঙ লেপ্পনক হৌবা ওইরো" হায়দুনা থোইবীনা লৈপাক্তা য়ুংশিল্লি। খম্বনা পীরকপা চৈশু অদু মতাঙ তরেৎ অদুদগী মতাঙ অনীখক ককথৎলি অদুগা মতাঙ মঙা থাকই। মতাঙ অনী অদুবু থোইবীনা পায়রগা "ঐদনবু অপাম-মুংশি থুংনগদবা লৈরবদি ব্রা নঙ লেপ্পা হৌবা ওইরো" হায়দুনা থাই। কেগে মোইরাং লৈবাক্তা নাইতোম শাংপীনি। মোইরাং নিংথৌ মথং খনবগী অমতা পোকচবী মমোম্নি। কবম্মা ব্রাথা খঙলুগনি। ব্রাদু মনীং মমাঙ ওম্লনা ব্রাতোন্না লৈবাক্তা

মুংশিনখরে। লৈবাক লৈমন। থোইবীগী রাশক তাবতুনা মমোম লাংলেন থোইবীগী রাশক কায়হনবা য়াদে হায়তুনা থোইবীনা থারম্বা লাঃ, রা ঙন্না হৌহনখরে।

অতুদগী ঈথাই লাল্লক্লে, পুনমচীং য়োরে, তোকপচীং লাম্থোক্লে, রাইখো' খুনয়ায় শমতুনা লাক্লে। মথং মথং লাক্লুনা উচান পোকপী, নূঙবাক থাবী য়োরক্লে। অতুদগীদি থোইবীনা ঐদনবু লাঙোন অশেংবা ওইরবদি নূঙ নঙদা পেৎলো হায়তুনা পাক্লবা নূঙপাক অমগী মথক্তা কাখৎতুনা মখোঙ অনীনা নেৎলি। মখোঙ অনী অদো থ্ম্না চঙডি। খোঙকম অনীতুগী মরক্তা খুবীনা নম্মী। মফম তাই। মতু উবদা তম্পাকয়ুম হঞ্জবনা, মপাবুংগী মনাই মঙামক্লা থোইবী লাইগী শাইওন অশেংবনি হায়না ঙাঙনখি।

অম্থুম্না মজাইবেম্মা থোইবীনা খুদম কয়া থনম্লগা তুমু য়োনবা লাকখি। থোইবী তুমু য়োরে! তুমুলাকপগী ময়্মদা থুংঙরে। মমা তুমুলাকপীনা তরাম তরাম্না মুংশিনা চঙলকউ লাউ হায়তুনা কৌশিল্লি। মপা তুমুলাকপনস্থু কৌশিল্লি। তুমুদা থু্বা মুনিৎ অতুগী নোংঙানবদা থোইবীগা লোয়্নরকপা মনাইশিং অতুনা চীংখুবনা কেগেদগী চেল্লকপা পাউ ময়ামতু তুমুলাকপদা তম্মী। "কেগে মোইরাং লৈবাক্কী থোইবী অসি মপা ইবুংঙো চীংখুবা মথংখনবগী মজাইবেম্মনি। মপানা কোংয়াম্বদা লৈয়, হায়। থোইবীনা কোংয়াম্বদা লৈরোই হায়তুনা য়াদ্রে। মতুদা চীংখুবা য়াম্না শাউরে মতুদগী খোইবীবু তুমুলাকপগী মফমদা লোই থারু তাকপীরে। অতুনা মজাইবেম্মা

থোইবী পুতুনা লাক্লিবনি।" হায়তুনা থোইবীবু তুমুলাকপগী মফমদা শিন্নরম্লে। অতুগা চীংখুবগী মনাইশিং অদো কেগেদা হল্লক্লে। মখোয়না তুমুলাকপগী মফমদা মজাইবেম্মা থোইবী শিন্নরম্বগী পাউ চীংখুবদা তম্লে।

অসোম্দা তুমু লমদমদা থোইবীদি কমদৌরি? মপা চীংখুবগী মতাও তুমুলাকপনা মাগী মচানুপী স্নবিক চংনিং-খোম্বীবু কৌশিল্লে থোইবীগা মতা শান্নহল্লে। থোইবীবু চংনিংখোম্বীদা শিন্নখ্রে। নীংথিনা চান্নবা নুংশিননা লৈমিন্নৌ হায়রে। মপাগী ৱাতু তাবদা স্নবিক চংনিংখোম্বীসু য়াম্না হরাওখ্রে। থোইবীগা লোয়নননা লৈমিন্নরে। মুনিং তরা-মঙানীগী তুংদা কাং শান্নৈ। পানজন্দি থোইবীনা থোইথি। তুমুলাকপনা মচা অনীবু ফি শাবা তান্নহল্লি। শাবা হৈবা ফজবা থোইবীনা হেল্লি। তান্ন তান্নবা খুদিংদা থোইবীনা হেনখিবা অতুদা চংনিংখোম্বীনা থোইবীবু শাউথি।

মুমিৎ অতুদগী হৌরতুনা চংনিংখোম্বীনা থোইবীবু কল্লকপা অসে নোংমা নোংমগী হেনগৎখরে। থোইবীমক্তবু মপূক শাওহল্লগে ৱাহল্লগে নীংখ্রে। সোরা হায়বা চীং অতুদা কাতুনা থোইবীবু শীং চলহল্লি, লৌবুক্তা কুমতুনা য়েলাং কেঙোই হেকহল্লি। লৌশী হায়বা পাৎ অতুদা কুমতুনসু লোং খোলহল্লি। লোং খোল্লুবা মুমিৎ অতুগী নোংঙানবদদি থোইবী নারে। মুমিৎ অতুদসু চংনিংখোম্বীনা থোইবীবু লোং খোল্লু হায়রম্মী। থোইবীনা হকচাং ঙমদে নারে হায়না খুম্মী। অতুদগী স্নরিক চংনিংখোম্বীগা থোইবীগা খৎনরে। মপা তুমুলাকপা য়ৌনরে।

স্নরিক চংনিংখোম্বীনা থোইবীদা ওৎলিবা নৈরিবা পূন্নমক অহু তাবদা তুমুরাকপা য়াম্না শাউরে। তুমুরাকপনা হায়রম্মী, "নঙনা থোইবীগী মফমদা য়াম্না লাল্লি। ইতাও চীংখুবগী মচাসিজা থোইবী হায়বিসিদি লাইগী মচানি। চীংদা কাহুনা শীং চলহনবা তৌহৈবা নত্তে, লৌবুক্তা য়েলাং কেংঙোই হেকহৈদে, পাংথা কুমহুনা লোং খোম্হৈদে।" অসি হায়রগা তুমুরাকপনা থোইবীবু মতা চংনীংখোম্বীগা লৈমিন্নরগনু হায়হুনা মাগী মনাক্তা লৈহনখ্রে।

থোইবীনা কবো লোইদা কুম্নকপা থা অহুম শুরে। চীংখুবগী মমঙদা থাংজীং লাইনা থোইবীবু কবোলোইদগী কৌথংলুবো হায়ররে। নোং হেক ঙানবদা তম্পাকয়ুম হঞ্জবা কৌহুনা থোইবীবু লোইদগী কৌথংলুরো হায়রে। তম্পাকয়ুম হঞ্জবনা চিংহুনা মনাই মঙামক থিনদনা কবোদা কুমখ্রে। তুমুরাকপগী মফমদা থুংলরে।

---

( ৮ )

# লোই কাবা

তুমুরাকপগী মফমদা চীংখুবগী মনাই মঙানা মনাও ইবুংঙোগী মচাসিজ থোইবীবু লোই কৌখৎলুরো হায়দুনা লাক্লিবনি হায়ররে। মদু তাবদা তুমুরাকপসু হরাওরে থোইবীসু য়াম্না হরাওরে। নোংঙাল্লে হায়রগা তুমুরাকপনা কাত্রং মুকানা থন্না হাপ্লবা কোন্নরুবাক তরাখক থোইবীদা পী। অদুগা মনাই নীপা তরাখকসু পী। থোইবীসু লোই কাগদবগী চাবা থকপা লোইখরে। মদুদা থোইবীনা শেৎপা ফিজোন্দি লোইকা পোৎলোইনি। মপা তুমুরাকপা মমা তুমুরাকপী অনীবু খুরুমলে। মতা চংনিংথোম্বীনা থোইবীগী মফমদা মহাক্না য়াম্না লানখরে ব্রারোগসু হায়রে। থোইবীনসু করিমতা মুংঙাইতবা লৈতে হায়দুনা খুমলে। মতা অনীমক কায়ননবগী য়াথং লৌনরে।

অসোমদা চীংখুবনা কেগে মোইরাং লৈবাক্তদি কমদৌরি? কোংয়াম্ববু কৌরগা থোইবী লোই কাররুনি লোই ওকচরুচো

হায়ত্নুনা য়াথং পীথোকখ্রে। মতু তাবদা কোংয়াম্বদি হরাও ঙমখৈ লৈখিদরে। ময়ুম তাম্না চেল্লক্লে। শগোল তনতোং তোংখৎতুনা কুম্বী তাম্না কুম্লক্লে অতুগা থোইবীবু ঙাইতুনা লৈরে।

থোইবী পোকপী মমানা চীংখুবনা কোংয়াম্ববু কৌতুনা লোই ওকচরু হায়খিবা তারে। মচানা পানদবা নীপাদা থোইবী থাজগদবগী হোৎনবা উবদা য়াম্না নুংঙাইতরে। মচাগী মনাই সেন্নু কৌশিন্দুনা মবুংঙোতোন খম্বদা পাউ অতু তম্মুচো হায়রে।

মমা ইবেম্মাগী য়াথং মতুং ইন্না সেন্নুদো খম্বগী ময়ুম তাম্না কুম্লক্লে। মবুংতোন খম্বা উনরে। "ননাউ ইবেম্মা থোইবীসু লোই কৌখৎলু হায়না ইপু তম্পাকয়ুম হঞ্জবা থাখ্রে। ঙসিদি সনাইবেম্মা থোইবী লোই কারক্লগনি নকু ইবুংঙো চীংখুবনা নত্তাও নোংবান কোংয়াম্ববু কৌতুনা লোই ওকচরু হায়তুনা থাখ্রে। কোংয়াম্বা কুম্বী য়ৌখরে। ননেম ইবেম্মানা কুম্বী তাম্না কুমতুনা কোংয়াম্বগী খরাই লৌরু, কোংয়াম্বা হাৎলগা মচাসিজ থোইবীবু ইবুংতোনগী য়ুমদা পুশিল্লু। কোংয়াম্বা হাৎপগী চৈরাক অতুদি কিরুগনু। নোংবান অঙোম শাগৈ পূম্নমক্কা ননেম ইবেম্মাগা থা তরেৎ রাখৎনগে হায়।" অম্সুম্না মনাই সেন্নু অচানবীনা রারম অপূম্বা তম্লে।

সেন্নুগী রা তারগা কোংয়াম্ববু হাৎলুগনি, হাৎলুগনি হায়তুনা খম্বা মফি মরোল শেৎকৎলে। খুৎসু খুৎলাই

পায়রে। খম্বত্থগী মতৌত্থ উবদা মচেম খমন্থুনা মৌপ্‌্বাবু কদায়দা চৎকদৌরিবনো হায়ত্থুনা হংঙি। খম্বনা "ইচেমহল কুম্বী তান্না কুমগে। ঙসিদি নচল ইবেম্মা লোই কারক্লগনি। ইতাও নোংবান কোংয়াম্বদা লোই ওকচো হায়ত্থুনা মপা ইবুংঙোনা য়াথং পীত্থুনা কোংয়াম্বা কুম্বদা লৈরে হায়ত্থুনা তারে। অত্থুনা চৎতুনা কোংয়াম্বনক্তা হাংলুরগে ভৌবনি" হায়না থুম্মী।

মত্থ তাবদা মচেম খমন্থুনা "ইবুঙোতোন ইচল লৈমগী নীংজবা কায়রগনি" হায়ত্থুনা খামজিল্লী। মচেম্না খামত্থুনা খম্বত্থ চৎত্রে ময়ুমদা শাজেন তৌত্থুনা লৈরে।

থোইবীনা দোলাই তোংত্থুনা মনাই নীপা তরাগামঙা লোয়নত্থুনা লোই কারকলে। অস্থুম কারকপনা উচান পোকপী, নুংবাক থাবী য়োরগা মহারু নহাল লোই কুমললকঙৈদা নুংবাক্তা খুদম থনম্বা অত্থুদা সনা লুপা কৎলম্মী। মথংদা ঈথায় চীংজিন য়োরক্লে থোইবীনা লোই কুম্লকপদা থারম্বা ব্লা-না লাংলেন ব্লাপন ফারম্লে। লাত্থুনা চংবী লাকোন থল্লম্লে। মফম অত্থুদা থোইবীদো ঙহাক পুঙ্গোয় পোথারম্মী। অত্থুদগী মথং মথং লাকপ্পা কুম্বী য়োরে। কুম্বী য়োরবা মতমদদি কোংয়াম্বগী অঙোবা পেবু উরক্লে। কোংয়াম্বগী পেবু উবদা লৌশিং লৈবী থোইবীদো মপাবুংগী খুজিল অত্থ মুম্না খঙলে। মতৌ করম তৌরগা কোংয়াম্বগী মথুৎতগী লাম্থোক-সিগে হায়না খনবা হৌরক্লে।

কোংয়াম্বগী নাক্তা থোইবী চঙশিনখরে। পম্থোগী তাওজীং লমন খুম্নবনি হায়তুনা থোইবীনা কোংয়াম্বদা ইতৈ ইতৈ হায়না কৌশিন্নরে। অতুদগী থোইবীদো কবোরাই হোরে হায়রে। তাউজীং হৈ চামিন্নরে ঙহাক পুঙ্গোয় পোংথাগিন্নরে। তাউজীং হৈরানা ফবা ঙম্মরোই লাঙ্গোই অনতঃ ফংদ্রবদি থোইবীনা কবোরাই ফবা ঙম্মরোই হায়রবদা কোংয়াম্বদা "অচৌবনা চংপদি লাঙ্গোই লোয়নবা হৌনৈনা সনাহল।" হায়তুনা কোংয়াম্বনা তোংলকপা শগোল অতু পুথোক্লে। "ইতৈ নঙগী শগোলসি য়াঙবরা য়েংগে" হায়তুনা লাঙ্গোই থক্তা কাখৎখরে। অতুদগী থোইবীনা তোংলকপা দোলাই অতুদা কোংয়াম্ববু তোংঙো। অতুগা থোইবীনা শগোল অতু তোংলগে হায়রে। লাঙ্গোই ফংলবদি কবোরাইস্তু ফরগনি হায়রে। কোংয়াম্বদি থোইবীগী ৱাতু তাবদা হরাওরে। থোইবীনা হায়বা পুন্নমক য়ারে।

থোইবীনা মপা চীংখুবগী মনাই তম্পাকয়ুম হনজবদা মমিৎ খত্তুনা চংলগে হায়বতু খঙহল্লম্নগা লাঙ্গোই খুরুপ থোত্তুনা চেনখ্রে। কোংয়াম্ববু হেনগৎতুনা "পম্থোগী তাওজীং লমন খুম্নবা কুম্বী তেরাখাদা ইতৈ ইতৈ হায়না কৌশিন্নরম্বনি। হৌজিক্তি খুমন ময়ুম য়ৌরগে কোংয়াম্বা লৈহৌরো।" হায়তুনা লাউরম্মে হায়রগা থোইবী চৎখ্রে।

থোইবীনা শগোল তোংতুনা মোইরাংলোমদা ওন্দুনা থৌখরে। মনাই সেন্নুস্তু মবেম্মবু ওকপা লাক্লম্মী। লম্বীদা

মনাই সেন্নবু উবদা থোইবীনা শগোল মথক্কুগী "তয়ুম সেন্নু নঙস্থু তাও. ইপা ইবুংঙো লিংজেন ফত্তবনি. অহুনা ইপাগী য়ুমদা য়োৎরোই। নবুংঙোতোনগী মনাক য়োৎরগে খুমন ময়ুমদা চৎলগে।" হায়হুনা লাউরম্মে। অহুদগী থোইবীদো খুমন খম্বগী ময়ুম তান্না শগোল থোৎখরে। খুমন ময়ুমদা থোইবী য়োৎরে। থোইবীবু উবদা খম্বা খমন্নু অনীদো য়াম্না হরাওরে।

মজাইবেম্মা থোইবীনা লাঙ্গোই তোংহুনা চ্যেনখ্রবদা কোংয়ম্বনবা দোলাইদগী চোংথহুনা তান্নরকই। তান্নবা ফংদ্রে। মায়কৈ কদোমদা চৎখ্রবনো হায়বহুস্থু কোংয়াম্বনা খঙখিদ্রে। অদৈ চীংখুবগী সঙ্গায় তম্না লাক্লে। চীংখুবদা থোইবী লাক্লবরা হংজরুবদস্থু লাক্তবা কৌবনিনা শাউহুনা "ইচা ওকলু হায়হুনা নঙবু থাখ্রগা কদায়দা মাঙহনখ্রবগে?" হায়হুনা কোংয়াম্ববু থীনা চৈহুনা তাম্থোক্লক্লে। কোংয়াম্বনা হল্লকপদা ঙসাই থোইবীনা তোংখিবা শগোল অদো খম্বগী ময়ুম ময়াদা চেঙগৈ পাৎলেন্দা চাহুনা লৈবা উরে। কোংয়াম্বনা শগোল অদো ফাহুনা পুরক্লে।

মজাইবেম্মা থোইবী অসি শোয়দনা খম্বগী ময়ুমদা লৈরম্বা তারে হায়না কোংয়াম্বনা নীংলে। লৈ লৈতে হায়বা অশেংবা অমা খঙদোক্লগে হায়হুনা খম্বগী য়ুমদা চঙলক্কুনা হংলৈ। কোংয়াম্বগী খোঞ্জেল তাবদা খম্বনা চোংথোক্কুনা "লৈ নঙ কৈদৌগগে?" হায়হুনা কোংয়াম্ববু য়ৈগে তৌরে।

কোংয়াম্বা কিহুনা ময়ুম তান্না চ্যেনখ্রে। অসোমদা থোইবীগা লোয়নররকপা মনাই তরামণ্ডানে মনাই সেন্নু অচান-বীনে চীংখুবগী য়ুমদা থুংণ্ডরে। নোংবান কোংয়াম্বগী মখুৎতগী নাম্থোক্তুনা মজাইবেম্মা থোইবীদি খম্বগী ময়ুমদা চ্যেনখ্রে হায়না তম্লরে। "কোংয়াম্বা মশাদা লোই ওকচরু থোইবীবু লৌজো হায়হুনা পীথোক্লবনি। মহাক্না পাণ্ডজদবদগী ফংদবনি। ইচানা লানদে। ইচানা নীংবা থুংজরসনু। ইচাগী নাইউল নীপা তরামণ্ডামক্না লোয়নহুনা তয়ুম সেন্নু নহাক্না নবেম্মা থোইবীগী মনাক্তা চংলো।" হায়হুনা চীংখুবনা সনায়াথং তাকপীখরে। মীনাই তরামণ্ডা অহুগা লোয়নহুনা সেন্নু থোইবীগী নাক্তা থুংখরে। থোইবী, খম্বা অমস্তুং খমনু মখোয় অহুমমক চীংখুবগী মন্নাহু তাবদা য়াম্না হরাওখ্রে।

মচেম খমনুগী লৌশিংদগী পাউ অহু মকু নোংবান চাউবা অমস্তুং মপা থোংলেনগা অনীমক্তা তাকউরে। নুংঙাইরবা পাউ অহু তাবদা থোংলেন চাউবা অনীমক্তো হরাউ ঙমখৈ লৈখিদরে।

---

( ৯ )

# কংলা ব্বায়েল

কোংয়াম্বদি অসোমদা কমদৌরি ? মানা নীংজবা অমতা থুংদ্রবা তৌরু তৌরুবা খুদিংদা মহয় য়ান্দ্রবা অহুদদি মতোমতা শাওনীংবনা প্রোক প্রোক চাকখ্রে। অহীং নোংশোইবা কোংয়াম্বহু মিংকী ককলা অমতা উইশিনবা য়াখিদ্রে। নোংঙাল্লগা চৈরাপ্তা ব্বা ফোঙগে কংলাদা ব্বা লাউগে হায়না নীংখ্রে।

নোং ঙাল্লে। ঙস্তা হৌগৎতুনা চাক ঙন্না চাখ্রে। মাগী লৈজবা পোৎলোই শেংকৎলে। চুঙগা তাগা পায়বা মনাই নীপা কুনমঙা লোয়নরতুনা কংলাদা কারক্লে। অহুদগী কোংয়াম্বনা মোইরাং নিংথৌদা, "ননাও ইবুংঙো চীংখুবা মথং খনবনা ননাইবু কৌখৎতুনা মজাইবেম্মা থোইবী লোই কারক্লগনি। ননাই ঐবু লোই ওকচরু নমোম লাংলেন থোইবীবু লৌজো হায়না তাকপী। তাকপীবা মতুংইন্না ননাইনা

কুম্বী তেরাখাদা লোই ওকপা চংচৈ। খম্বনা খুং লিংতুনা তম্বা নীপা কুম্থ্রাগা লোয়নতুনা লাক্লগা ননাই ইথুংতগী নচা সিজা থোইবী মুন্দুনা পুখ্রে। ঐবুস্ম য়ৈথুরন্মী। লৈবাক নিংথৌ পাল্লি, অঙম্বা লৈরি। অচুম্বা ৱায়েন তৌবিয়ু।" হায়রতুনা হঙ্গংলে।

কোংয়াম্বগী ৱাকং অতু তারগা নিংথৌনা কোংয়াম্বদা কংলা পুংজাও থীল্লো হায়না তাকপীরে। কোংয়াম্বনা কংলা পুংজাও থীল্লে। পুংখোল অতু তাবদা মোইরাং অঙম্বা পুম্নমক কারক্লুনা কংলাদা থুংডরে। থোংলেন অঙম্বা য়ৌরক্লে, নোংবান চাউবঃ থুংডরে। মোইরাং নিংথৌস্ম লেঙথোবক্লে। মনাও ইবুংঙো চীংখুবা মথং খনবা ফমফমলাংদা ফমতুনা লৈরে। নোংবান চাউবনা হৌগংতুনা খুংলোন্নন। "ঙসি কংলঃ য়াইবুং থীনববু করি করম্বা অক্লবা থবক থোক্লবগে?" হায়তুনা নিংথৌ সনা খুয়াখাদা হঙ্গংলি।

"ইচ্চা সিজা থোইবীবু ইনাওনা কবোদগী কৌখংলে। কোংয়াম্ববু কৌতুনা ইমোম লাক্লেনবু লোই ওকচরু, কোংয়াম্ববু থোইবী লৌজো হায়তুনা ইনাওনা পী হায়। অতুগী তুংদা কোংয়াম্বন লোই ওকপা কুম্বী তান্না চংলি হায়। খম্বা নীপা কুনম্থ্রাগা লোয়নতুনা খুংলিংতুনা লৈরম্লগা কোংয়াম্ববু য়ৈথুরমতুনা মুন্দুনা পুখি হায়। অতুগী ৱায়েনসি হায়তুনা কংলা পুংজাও থীনবনি।" হায়তুনা নিংথৌ সনায়াথং তাকপীরে।

নিংথৌগী সনায়াথং তারবদা চাউবনা কোংয়াম্ববু লৈবাক মমাঙদা কৌশিল্লি। অতূদগী ৱাবম পূম্নমক শুগাইনা হংভি। কোংয়াম্বসু মানা হায়নীংবা ৱা পূম্নমক অমতা চিংথনা হায়। কোংয়াম্বগী ৱাহু তারগা সনায়াথং খম্ববু কৌরুনবা তম্বা নীপা অনী থাখ্রে।

খুমন খম্বগী য়ুমদদি করম তৌরি? নোংবান চাউবনা মনাই নুপা তরাদং খম্বনা কংলা কাবদা লোয়নৌ হায়তুনা থায়। মপা থোংলেন্নসু নীপা তরা অমা খম্বগা লোয়ননবা থারকই। মনাই নীপ কুননক অদো খম্বগী য়ুমদা ওম্না থুংভরে। মকু নোংবান চাউবনা থারকপা মনাই নীপা তরা, মপা থোংলেন্না থারকপা নীপা তরা অমা অতুগা কবোগী নাইউল তরা অমগা নীপা কুন্থ্রামক অদো মাগী মাগী ফিরোই ফিভাম শেৎলে। মখোয়না পোৎলোই শেৎপা লোইবা মতম অতুদা সনায়াথং কৌবা লাকপা নীপা অতু থুংভরে। মখোয়না কংলাদা তৌরিবা পাউ পূম্নমক অতু তম্মরে।

পাউহু তারগা থোইবীনা খম্বদা হায় "ইবুংঙোতোন ঐগী মরমগীদমক কংলাদা ৱায়েন তৌনবদা করিমতা চিংন-বিরুগনু অতুগা কিসু কিবিরুগনু। নতাও কোংয়াম্বগী মখুবাক্তা ঐবু থাদোকপদি তৌবিগনু। ননাওগী ৱাশক্তদি থুংহনবিয়ু। ঙুপা পুকচেল মতোল লোমবিরকউ।"

অতু তাবদা খম্বসু থোইবীগী মরমগীদমক্তি মমায়

শনবা তৌথ্ররোই। নীপা পূকচেল লেপ্লবনি হায়রম্মে। কংলা কাক্লখিগে হায়তুনা মচেম খমন্থু খুরুম্লগা চৎখ্রে খম্বদো।

খম্বদো হাকথং তানা ওইনা পায়, তারোন তানা য়েংনা পায়, মনাই মুবনা ফরাংজি ফিদা পুবে. লুপা ক্বাগোকস্থ খল্লি, মনাই নীপা কুনথ্রামক অতুগা লোয়নতুনা কংলা তম্না কারক্লে। লমজাংদা চৎলম্বা মী পূম্নমক খম্ববু কুমহৈ ওইনা য়েংনৈ। থোইবী পোকপী মমানস্থু মচ্চা সিজা থোইবীবু নোংবানগী মখুবাক্তা থাবা তৌগনু হায়তুনা লমথাংদা পাউমেল্লকই। খম্বনস্থু থাজরোই হায়না খুন্নমই। খম্বদো মনাই পূম্নমক্তুগা লোয়নন। কংলাদা থুংডবে। হেক থুংডবগা নিংথৌ অনস্থুং অঙম অথৌ পূম্নমকপু খুরুম্মী।

মোইরাং নিংথৌনা খম্ববু কৌশিন্দুনা "তয়ুম খম্বা নঙনা ইনাও চৌংখুবগী অমতা পোকচবী থাদোই থোইবীনা লোই কারকপদা, কোংয়াম্বনা ওকলুতুনা পুরকপদা কোংয়াম্বগী মখু-বাক্তগী নঙনা মুন্দুনা পুখি হায়। মুল্লুববা মুন্দবরা হায়বদো নপা ইনাই পুরেনববু নীংশিংতুনা শেংনা খুম্মু" হায়তুনা হংঙি।

খম্বনা মখুৎ অনী লোন্নরতুনা "ননাই ঐদি মুনজদে। নচ্চা সিজা থোইবীবু কাওফাউৈদা খুমল মোইরাং অনী খডনা মপল ইবুংঙো সনা য়াথং খম্বা নখুবাক্তা পীরবনি শিন্নরবনি তাকপীখিবা অতুগা নজাইবেম্মানা কোংয়াম্বা নঙোন্দদি লৈবোই হায়তুনা কোংয়াম্বগী শগোল মুন্দুনা তোংলগা ননাই ঐগী

য়ুম তান্না চেল্লকই। নিংথোলগী অনীবা থুংহনবিয়ু, কায়হনবিগনু হায়জরে। নুপী ওইবীগী ইকায় খুম্নবা ঙাকপীয়ু। হৌজিক্তি ননাই ঐগাক নমোম লৈংলেনগী নীংবা থুংহল্লে। নুপী ওইবীগী ইকায় খুম্নবা ঙাক্কে হায়তুনা কাজরক্লীবা অসিনী" হায়না খুমলে।

খম্বগী রা তারগা নিংথৌনা কোয়াম্বদা ওনশিল্লক্তুনা অমুক হংলে। কোংয়াম্বনা 'ননাই ইতাও খম্বনা ঐগী খুৎতগী মুনথি হায়বসি তশেংবনি'' হায়বে।

"খম্বনা মুনথি হায়বা কনা কনা উহৌবগে? উহৌবা মী লৈরবদি পুথোরকউ" হায়না নিংথৌনা হায়রে।

কোংয়াম্বা মী পুথোকপা ঙমদ্রে। রাফম অসিগী রায়েন অসি লৈবাক্কী অঙম্বা ময়াম্বু তৌরো হায়তুনা নিংথৌনা অঙম্বশিংদা শিন্নথোকখবে। নোংবান চাউবনা নিংথৌ সনা য়াথং ফংলবদা মোইরাং উরাকপা, লাইজীংহনবা অনীদা হায়নরিবা রায়েন অসি করম তৌফম থোকপগে হায়তুনা হংলে। মখোয় অনীনা নুপীন পামদে হায়তুনা চোল্লবনিনা কোংয়াম্বদা মমল হনফম থোকই হায়রে। মমাংঙৈগী নিংথৌ হাক্তক্তা লাইজংহনবা ওইরম্বা উরাকপগী মচ্চাদা অমুক মখোয় অনীনা হায়বা অসি চুম্বরা হায়তুনা হংলে। মফম ভাতুনা লৈরবা অহল ওইরবা লাইজীংহনবনা 'লৈমাসিজাদি মমল হনবা হৌনদে। হাও অরাম নিংথোলন্দবু হন্নবনি।" হায়না খুম্মী।

থোংলেন অঙম্বনা ব্রায়াম থৌয়ামদনবা লাইগী ব্রায়েন য়েংলসি হায়রে। মোইরাং নিংথৌনা লাইগী ব্রায়েন য়েংনবা হায়ৰা অসে য়াবরা য়াদবরা হায়তুনা খম্বা অমস্তুং কোংয়াম্বা অনীদা হংলে।

খম্বনা করম্বা মওংদা লাইগী ব্রায়েন য়েংনগদৌরিবনো হংল্লকই।

থোংলেন্না "কলাগী শঙ মমাওদা তা পায়নতুনা লম তরা তবা ওস্থোক্লবগা লেপতুনা তা হুন্নৌ হান্না থীনবা ঙম্বা নীপা অতুনা থোইবী লৌগদৌবনি।" হায়রে। মতু তারবদা খম্বা নোংবান অনীমক য়ারে।

অম্বুন্না তৌনরিবৈ মতম অতুদা ফুবালাগী লৌমীরাকপা হন্নুবনা কৈ য়ান্না ঙাওরে হায়তুনা কৈবাও তম্মরে। মতু তাবদগী থোংলেন্না খম্বগা নোংবানগা তা থিন্নৌ হায়বসি তোকহল্লসি খোইরেনতাক্কী কৈ অসি ফাবা ঙম্বা মীদা থোইবী পীরসি হায়রে। নিংথৌস্তু ফৈ হায়তুনা য়ারে অঙম্বশিংস্তু য়ারে। খম্বগা কোংয়াম্বগা অনীস্তু য়ারে। অতুদগী নোংবান চাউবদা লৈবাক থুংনা পাউ চেল্লু হায়তুনা চেলহল্লে। খোইরেনতাক্কী কৈবন অতুবুস্তু চাউবনা চিংতুনা শারো হায়না তাকপীখ্রে। খোইরেনতাক্তা পম্বাক কোয়বা লোইখরে। অঙম্বা পুন্নমকস্তু ময়ুম ময়ুমদা কুম্নখ্রে।

---

( ১০ )

# কৈ ফাবা

খম্বনা ময়ুমদা হল্লরুগা পাউ পূম্নমক অসে থোইবীদা তম্লরে। খম্বগী পাউ তারগা থোইবীনা মপাবুংগী নাক্তা চংতুনা মহাক্না নীংবা থুংজগে হায়তুনা খুরুম্মরে। চীংখুবা মপানা "নঙনা নীংবা থুংজরো ইবেম্মা" হায়না সনায়াথং তাকপীখ্রে। অতুগা শগোল অমগা তা অমগা মনাই নীপা তরাগা থোইবীদা পীরে। মমা ইবেম্মাখোয় ময়াম পূম্নমকস্ন য়াম্না হরাওনরে। অতুদগী থোইবীনা হল্লক্লুনা খম্বদা পাউ অসি তম্মরে।

মতুং নোংঙানবদা মপা থোংলেন্না খম্ববু কৌতুনা চাক পীজৈ। মপা পুরেনবনা শেংলম্বা পোংলোই অতু খম্ববু শেংলু হায়তুনা পীরে। তা অনী পীরে মনাই নীপা কুনথ্রা অমস্ত পীরে। অতুদগী খম্বা ময়ুমদা হল্লক্লে। থোইবীস্ন খম্ববু উবদা য়াম্না হরাওরে "ঐনা পুকচেল অনী লোঙদনা

খম্ববু মুংশিজবসে অশেংবমক্ত ওইবরদি কৈ অসি লেপ্পমক ফাবা ওইরে" হায়না থোইবীনা হায়জরকই। নোংবান চাউবনসু দ নাই নীপা কুনথ্রা খম্বনা কৈ ফাবা চংপদা লোয়নৌ হায়তুনা পীরক্লে।

অসোমদা কোংয়াম্বসু কৈ ফাবা চংকনি হায়তুনা পোংলোই শেংপা লোইখরে। মমা মপানা মায় পাকচৌ হায়তুনা হায়বিবগা লোয়ননা মনাই চামাগা লোয়ননা কৈফম তান্না কুমগদবগী থৌরাং লোইখরে। খোইরেনতাক্কী লময়াই কৈফমদা মোইরাং নিংথৌ, মনাও ইবুংঙো চীংখুবা, লৈবাক্কী অঙম অথৌ ফম্নাইবা পূম্নমক থুংওরে। কোংয়াম্বা মনাই নীপা চাম্মগা কৈফমদা কুম্লক্লে। খম্বসু মনাই নীপাচাম্মগা লোয়নরতুনা শগোল তোংতুনা কৈফমদা কুম্লক্লে। খম্বা নোংবান অনীমক খোইরেন্তাক্তা থুংওরে। নিংথৌবু অনীমক্তা খুরুম্লে। মনাও ইবুংঙো মথং খনবা চীংখুবনচিংবা লৈবাক্কী অঙম্বা পূম্নমকসু খুরুম্লে। মখোয় অনীদা নিংথৌনা পানা খুদপ মঙা মঙা পীজে। অতুদগী কৈ ফাননবা কৈগী পন্নুংদা চংঙো হায়খ্রে। কৈ ফাগদবগী মখোয় অনীনমক পন্নুংদা চঙখ্রে।

কোংয়াম্বনা খম্ববু মখা পাংবা মায়কৈরোমদা কৈ থিয়, অতুগা মহাক্না অরাং পাংবা মায়কৈরোমদা থিগে হায়রে। খম্বনা ফৈ হায়তুনা মখা থংবা মায়কৈরোমদা চঙখ্রে। কোংয়াম্বনা অন্নাং থংবা মায়কৈদা কৈ থিরকই। অহানবমক্তদা কৈগা কোংয়াম্বগা থেংনরে। কোংয়াম্বনা তারোন তানা কৈদা

থিনগে তৌই। কোংয়াম্বগী তারোন তাহু কৈগী খুমাঙনা য়ৈথরে। অহুদগী হাকথং তানা অমুক থিনগে তৌই মহুমস্থু কৈগী খুমাঙ অহুনা য়ৈথরে। কৈহুনা কোংয়াম্ববু লাক্লগে হায়হুনা চোঙশিল্লক্লে। কোংয়াম্বস্থু কন্দ থৌদবা নত্তে কৈগী মখ্বাংদা তাপ কোল্লি। কৈগা নোংবান কোংয়াম্বগা নম্নবে। মরায়বক খর থীখিবনা কোংয়াম্বা কৈনা চিকখ্রে। কৈনা শোক্লে।

কোংয়াম্ববু কৈনা শোকখ্রে হায়বা তারবদা খম্বদো কোংয়াম্বনা লৈবা মায়কৈ অদোমদা হোৎচিল্লক্লে। কোংয়াম্ববু লাইকন্নরে। ফবা উমদরে। খম্বগী মফমদা শিরমদাইগী মত্তমদা কোংয়াম্বনা মাগী মরাল খঙজরক্লহুনা মজাইবেম্মা থোইবীগী মফমদা য়াম্না লঙজখরে খম্বগী মফমদস্থু য়াম্না লানখ্রে হ্রারোগনু হায়হুনা খম্বদা হায়জরম্লগা কোংয়াম্বা মথরাই লানখ্রে।

খম্বনা কোংয়াম্বগী কৈনা শোক্তুনা শিরবা মশা অহু পুথোরক্তুনা মোইরাং নিংথৌদা কংলে। অহুদগী খম্বনা কৈ অহু ফাগদবগী কৈ লৈবা মায়কৈদা চঙখ্রে। খম্ববু উবদা কৈহু কিহুনা চেল্লে। খম্বনা তান্নহুনা কৈগী মমৈ অহু মখোঙ য়েৎনা নেৎলগা হাকথং তানা ময়া ফাওনা থিনথ্রবে। অহুদগী মবাই ফৈরোইজাম্বনা কৈ অহু পুথোক্লক্তুনা নিংথৌদা কংলে।মহু উবদা মোইরাং নিংথৌদো পেল্লে।

নিংথৌনা মুংঙাইবহু উবদা নোংবান চাউবগা থোংলেন লাল্লোই তানবগা চঙলক্লে। মখোয় অনীদা মোইরাং নিংথৌনা

হায়রকই "ইপু থোংলেন অঙম্বা! ইপু নোংবান চাউবা নোংথোনবা নখোয় অনীমক তারো, তয়ুম পুরেনবগী মচ্চা খম্বনা কৈ ফাবা অসি য়ান্না মুংঙাইরে। মপা হাক্তক্তা শেম্বীবা পন্দোল লোমখিদরে। পারি খম্বা অসিদা শেম্বীরগে।" অতুদগী খম্ববু নিংথৌগী সনানাক্তুদা কৌশিন্দুনা খামেন চৎপা ফৈজোম শেৎহল্লে. সনা খুজী শিহল্লে, স্বরিক অমস্তু মঙক্তা শিহল্লি, সনাগী কুন্দোর নাইল য়ালহল্লি, লমথাং খুল্লক অমস্তু য়েৎহল্লি। স্বরুপ্পা ফিনা মখা থাবা নিংথৌ ফিনা ফিথক ওইবা ফুরিৎ অমস্তু পীবিরে। কাব্রং লানফি অমস্তু পীরে। নিংথৌনা থকপা লুপা য়োম্বা হিদাকফু অমস্তু পীরে। অতুদগী মপানা নাইরম্বা ফমথোল অহুম অতুস্তু মঙোন্দা হাপ্পীরে। মপানা চারম্বা লৌচা মশীং শুনা পীগে হায়তুনা তাউথোংদা লৌ পরী কুনথ্রা মঙা পীরে। তোর্ব্বুং থুমখোং চাহল্লে। লোক্তাক্কী শোয় অহুমস্তু পীজরে। অতুদগী হাওখুল পুম্নমক পান্নৌ হায়রে। কবো থুমখোংস্তু পান্নহলে। কবুই লোইচেস্তু পীজৈ। চুংমায় থাঙবন পাম্বোম লোইস্তু পীজৈ। পুম্নমক্তু পীবা লোইরগা খোইরেনতাক্তগী কোন্নুং য়োবা ফাওবা অতু দোলাই তোংতুনা কাউ হায়রে। মবাই ফৈরোইজাম্ববু সেলুংহনবগী মথক্তা লাল্লোংহনজবা ওইহল্লে। মপা থোংলেনগা মকু নোংবান চাউবগা অনীমক্তা পান্না লাল্লে।

মবাই ফৈরোইজাম্বা, মনাই মুবগা খম্বগী ময়ুমদা হল্লক্লে। মজাইবেম্মা থোইবীনে, মনম্মা খমম্নুনে, মনাই সেন্নু অচানবীনে অহুম্মা পাউ তাগদবগী লমথাংদা ঙাইতুনা লৈরম্মী।

ফৈরোইজাম্বনা খম্বগী পাউ পূন্নমক্তু চিংথদনা তমলে। মোইরাং নিংথৌ লৈবাক্কী অঙম্বা পূন্নমক হল্লক্লে। কংলা য়োরগা নিংথৌদি কোন্নুং মন্নুংদা লেঙশিনখরে। লৈবাক পূন্নমক ময়ূম ময়ূমদা হন্নখ্রে।

---

( ১১ )

# খম্বা খোইবী লাঙোনগী অরোইবা

কৈ ফাবা অতুগী নুমিৎ তরুক্কি নৈরগা চীংখুবনা মজাইবেম্মা খোইবীবু কৌরে। কৌরগা তয়ুম নাইকোক কুনথ্রাতরেৎ, ইরোই কুনথ্রাহুমদোই কোল লীক. সনা লুপা য়াম্না পীরে। অউনপোৎ পূম্নমক্ক্গা লোয়নতুনা খম্বগী ময়ুমদা থিনবিরে। মজাইবেম্মা খোইবীদো মাগী মপুংক্লীংনা নীংজবা থুংখরে।

অতুদগী খম্বগী মচেম খমনুস্নু মবাই ফৈরোইজাম্বগী মনাক্তা মনাই মশনগা লোয়নতুনা থিনখ্রে। মচা নীপা অমস্নু পোকখ্রে। মমিংদি নমগনয়াংবা সরাবা কৌই।

খোইবীনা মনাই সেন্নুবু মাগীদমক্তা য়াম্না রাজরক্রবিনী হায়তুনা মানা পাম্বা লোইজা নিংঙোল্লকপা মুহনসিংদা পীখ্রে। মনাই মশনস্নু য়াম্না উনবিরে।

খম্বা ময়ুম মকৈ নুংঙাইনা শাখরে। কংলা অকা অকুম দোলাই তোংখরে। নিংথৌগা লাইবক য়ুম্‌দিন্নখ্রে, লনগৈ তিন্নখ্রে। নুংঙাই য়াইবী মরাঙ কায়না পানখ্রে।

অম্নুম্না নুংঙাইনা পাল্লবা মতুং নুমিৎ খরনি লৈরগা থোইবীনা খম্ববু কয়া য়াম্না নুংশিবগে হায়বতু চাংয়েং অমা তৌদুনা খঙলগে হায়না খম্বা মপুংক্লীংদা চপ য়ুংনা নীংখ্রে। খম্বনা নোংমদি থোইবীদা হায়, "ইশানৌ ইবেম্মা নুংশিবী তারো ঐ অসি য়ুমদগী চৎথোকমন্দ্রে, মীনা য়াম্না থীনা ঙাংনরম্লগনি। অদুনা ঙসিদি থাঙ্গালৈকাই কোয়থোকলুগে। ঐ কৈ ত্রিবৈদো শঙ্গায়সিদা কনাগুম্বা অমতা চঙহল্লমগনু। থোঙ লোন্দুনা লৈরম্মু। মী অতোপ্পনা হাংদোকউ হায়রবসু হাংদোক্কনু।" হায়রম্লগা নুমিদাংব্লাইরমদা খম্বা নীপা কাম-জাও হুন্দুনা থোকখ্রে।

নুমিৎ তারবা মতুং ঙহাক পুঙ্গোয় লৈরগা খম্বা ময়ুমদা হল্লকক্লে। মখোল ওন্থোক্তুনা খম্বনা থোইবীদা থোঙ হাং-দোকউ হায়। থোইবীনা য়াদে থোঙ হাংদোক্কে। অদুদগী থোইবী তুমিন্না লৈ। খম্বনা য়ুমগী শন্দংখাদা কাদুনা থোইবীবু লঙনৈ। মতুদা উশিংমন্দে হায়দুনা থোইবীনা "ঐমক্তনা পূকচেল শেংবী, পূকচেল অনী লোঙদবী, মপুরোইবা নীংবীমক্তা ওইরবদি ঐগী থাও অসিনা পান্দুনা থব্লাই থাবা ওইরোকো" হায়না মাগী মথুৎশু হৈজ্রাং অদু লংখি। থাও অদুনা পান্দুনা খম্বা থব্লাই থারে। থোইবীনা শিরিবতু খম্বনি

হায়বা খঙলক্লে। খঙলক্লবা মতমতুদা খম্বা লৈত্রবা তাইবংদা থোইবীনা হিংতুনা কান্নবা লৈত্রে হায়তুনা খম্বগী মথৱাই লৌখিবা হৈজ্রাং অতুমক্লা থোইবীগী থম্মোয়দা থুগ্না থিংজিন্দুনা মথৱাই থাখি। অস্থুন্না খম্বা থোইবী অনীগী লাঙোন লোইশিনখি।

---

## অইবগী ফোঙলবা অমসুং ফোঙগদৌরিবা লাইরিকশিং

১। কবি-তর্পন (অথোম্বা শৈরেং) ... ১৯৫৫
২। হুন্জা ফিদম (অথোম্বা ৱারী) ... ১৯৫৭
৩। পুন্সী মৈরা (ৱারী মচা-মচা) ... ১৯৫৮
৪। লৈমরোল (অথোম্বা ৱারী) ... ১৯৫৮
৫। খোর্জেইগী মঙলান (শৈরেং) ... ১৯৮৩
৬। পলেম লৈপাকলৈমা (ৱারী মচা) ... ১৯৮৪
৭। লাংলেন থাদোই (মমি কুমহৈগী লীলা) ... ১৯৮৪
৮। লোইজীং লোইয়া শৈরেংলৈ (শৈরেং) ... ১৯৮৪
৯। থিংঙেল লাইজা ঈয়াওখোল (শৈরেং) ... ১৯৮৬
১০। ইমা খুল্লাকপীগী নোংগাংহৈদো (ৱারী মচা-মচা ১সুং লীলা মচা-মচা) ... ১৯৯০
১১। মমাদো লৈশাবীদো অঙাওবীদো (লীলা) ... ১৯৯০
১২। অংবোক্পী মঙলান (লীলা) ... ১৯৯০
১৩। হাউইকো হৈথা হাউইকো হৈয়েন (লীলা) ... ১৯৯০
১৪। মহালক্ষ্মীগী খুৎপায়শেল (লীলা) ... ১৯৯০
১৫। কবোক ওইহল্লবী কবোকলৈ (লীলা) ... ১৯৯০
১৬। নুরা য়াইথিং কোম্বু (থায়নগী কংলৈরোলগী ৱারী) ... ১৯৯০
১৭। হেলোই হেলোই মীহেলোই (শৈরেং-ৱারেং-শিংজুপ) ... ১৯৯১
১৮। ইক্রিসাটকী কুলী হুপী (লমকোয় ৱারী) ... ১৯৯১
১৯। খুমন থম্বা (থায়নগী কংলৈরোলগী ৱারী) ... ১৯৯২

## ফোঙলগদবনা

২০। ইংখোল মচেৎ অমত্তংগী (লীলা)
২১। তাদ দোলাই পাবা (লীলা)
২২। হোনি-মুন ( Honey Moon ) (লীলা)
২৩। থবা ( মমি কুমহৈগী লীলা–ডোকুমেন্টরী )
২৪। শনরেম্বীও থোরক্নো (ফুঙ্গা ৱারীগী লীলা)
২৫। লৈরোল ( FLOWERS-শৈরেং )